# ইখৌ-লাংবা

শীতলজিৎ

স্বত্বাধিকারী—শীতলজিৎ

মমল—১।০

ফ্রেণ্ডস্ ইউনিয়ন প্রেস, ইম্ফাল-দা নম্বা।

ফোংজবা—শ্রীকোইজম ইবোবি সিংহ
শিংজমৈ মথা, ইম্ফাল।



অহানবা নম্বা
১৯৪৯ ইং নবেম্বর

ফংফম—শ্রীকোইজম ইবোবি সিংহ
C/O. ফ্রেণ্ডস্ ইউনিয়ন প্রেস, ইম্ফাল।

# ইখৌ-লাংবা—

করিনো ? নুংশি-তেংথারেংন-নি। মরোন্দি—থম্মোইগী থম্মোই-নুংদা পোক, নুংথুপ-নুংলোৎ লৈবা মীনুংশি, মীনুংশি মাবুদা থা, মাগী মপাউথোলদা তম, ছকপা ঙৈছেং—শম্মা—নুংশি-নুংঙোল-কোংনছি—অদূগুম্বা ছৈরোল, মদূগুম্বা ছৈরেংব নুংশি-তেংথারোল কৌবনি অদূদি নুঙ্গা-পাথং অনীনা পুন্সি লৈপুম্মসি শন্নীনীং নত্রগা শন্নীনা, চীক্লা, নাম্মচীক্লা, চেক্লা 'নীগুম চীল্লোক-থাত্রাংনা, মায়থোং ঙাংলি ঙাংন্সি খোয়কম্না, মিৎচি মিৎচি হূন্নাল মিৎচিনা, মতৎ-ন্নাহৈ কোইরৌনা নুংগা নুংগা নুংঙন-চীঙ্গোয় পাউশিন্নবনা ছৈরোল মাগী ছৈরম ন্না ? নত্তে। নুংশি-ইখৌ-লাংবা কনাগুম্বা মৈতৈ নিপা ওইবা থম্মোইনা মানা খোয়দাজবী কনাগুম্বী মৈতৈ নুঙ্গা-ওইবী মকাদা নুংশি পাউদমজবনা মাসিগী তেংথারম্মি। ছৈরোন 'সীগী ছৈছক-ছৈরেং, ছৈওং-ছৈদা মশামক্কা চূনজৈ। করিনা ? মৈতৈদা মৈতৈনি মাগী ছৈছকসে। মৈতৈ-লোন্সোমিন্নবা তরৈৎ-নিপান্নবা ময়েক্লোল ছৈরোল মাগী ফিভম-নি। অদূনদি মৈতৈ নাকোং চূদনিঙগ্গাই করি লৈ।

থংলে থংনা, থংত্রে থংদনা, নুংশি ঈহাউ ইখৌ লাংদবা কনা লৈ! নুংশি-নুংঙোল মপাউ তাবদা থম্মোই কনা তুজুংদনিঙগ্গাই লৈ! ঈথুপ্পরম্বা ঈপোম্মা মালং-শউম পোইরৈনা হন্নাউ ঈচোং-জবগুম, নোংথুপ্পরম্বা খোঙ্গেম্মা খোন্নম অমত্তংদা তাবদা খোল্লোয় খোনওকচবগুম থম্মোই থূদিংনা ছৈওকচৈ তেংথা-সীগী ছৈরোল

খূদিংমা। হৈদোজনিঙ্ঙাইনি থম্মোই খূদিংগী মাসিগী খোঙ্লায়, খোঙ্খোক খূদিংমা। মুংথুপ্পনা চেল্লম্বা মুংশি-লাইজ-ঈচেল্লা থংহোদনা ঈহৌরক, থম্মোই-চাংজৌ নীক্লা পা, ইকাই-পল্লোল ভল্লা নম, রাথল-কাংকৈ চুক-ফুক্লা ঈরাউখোল্লোয় ঈপাথরকপা মিৎ-হম কনা থূম্না থক্তনিঙ্ঙাই লৈ! না-রম কনা ঈংদনিঙ্ঙাই লৈ। থম্মোই কনা মুঙেঙান্দনিঙ্ঙাই লৈ।

ছৈহোনবা ছৈবোন্দং ঙহাক ছৈইল্লসি লাউ।

"হাইয়ু হাইয়ু মুংশিবী
কবি পিজৌ হাইবগে
থঙববু ঙমদ্রেনে—
অমা থল্লই মতোকই
অমা পাযকই থাদোকই—
নংনা পাম্বা ওইরমলোই—
মালেমদা রাত্তে করিস্থু
চাদে মতিক 'মতস্থু
ওইদে 'মতা চুবস্থু
লৈজববু ঐহাক্নী পাম্বুববু ঐহাক্নী
থরাইবদি কৌবদো—
অতদদি ঐহাক্নী—
লৌগদরা খুদোলদো?"

থংলবরা? কয়াদা লূখ্রবা, কয়াদা লুখ্রবা, কয়াদা য়ৌখ্রবা মুংশি-মপাউখোল-নো। মুংশি-ইখৌ-লাংবা থম্মোই মানা খোয়দাজবী মুজা-ওইবী মকাদা মুজা মাগী থম্মোই মন-হংজরি,

'করি পিজৌ হাইবগে ?' করিগী ? মালেম-ওংবী মুজা থম্মোই চাত্তরাম্নুংদা নিপা-থম্মোই মানা খোয়দাজবী থম্মোইত্থদা মপামজৈ ; মাগী কাদদি থম্মোইত্থদনা মহেল্লি-মন্নাইদে। মণ্ডোন্দা মন্নাইদবী ওইবনা মা মশানদি মন লেপ্পা ওমজদা লৌবদি লোজনীং পাউদমজরি—

"থঞ্জবব্ ওমদ্রেনে—
অমা থল্লুই মতোকই
অমা পায়কই থাদোকই—
নংনা পাম্বা ওইরম্লোই।"

অমুকস্থু মাগী কাদদি তাংবদগী তাংলবা থম্মোইদি খোয়দা-জবদূদনি পাউদম নোচ্চরি—

"মালেমদা হাত্তে করিস্থু
চাদে মতিক 'মতস্থু
ওইদে 'মতা চূবস্থু"

লল্লম স্থনা লল্লোইবা মালেম্মি ঈখৌ-লাংবা থম্মোই মানা মুম্না থডিও। অদুবু মালেম মাগী লল-লম অমতনা, মাগী কাদদি, মুজা মাগী থম্মোই ফংনভাই উথিজ্রে। মুংশি-লাইজা ঈরোম্নুং ঈরোল ঈথাং স্থনা ঈচনখ্রবা থম্মোই মপাউখোন নীংথিজৈ।

মানদি মুজা-থম্মোই মাবু য়োনা পামজৈ, মল-লেপ-মন-হুন্দি ওমজদে, অদূগা মনচানবা লল-লমস্থ থংজদ্রে। অসোমদনা মুজা-ওইবী মানস্থু মন-সোল অমত্তা পীনদ্রে। কমদৌনি, কৈদৌনি, হুনজরক্লে মমল—

"লৈজববু ঐহাক্কী পাম্মুববু ঐহাক্কী
থরাইবুদি বোবদো—
অহুদদি ঐহাক্কী
লোগদরা থুদোলদো?"

য়েংউ, মালং-ওংনবায় থম্মোইদা করিনা মহেল্লে! থরায়—থরায়না মহেল্লে। মুজা-থম্মোই মাগী মন-হুল্লক্লে—নীংথিজৈ ঈরাউখোল্লোয় ঈপাথরকপা মুংশি-ঈহৌ।

ছৈদাবা থম্মোইনা পাউহংদবা ঙমদে, হঙিঙ, অমুক্তা নত্তে, হেক হেক্তা মহঙঙকই—"খোর্জ্জে নংবু, ছৈদমুহুনা মছকপ্রা নত্রগা নশামক্কুদা পাল, মুংথুপ্পনা থম্মম্বা নপাউখোল মুংলোংনবা ঙম্মক্তা ইকাই-পল্লোল লাল হেক্তা মতমখোক্লব্রা? নংগী ছৈছক অসীবু খিৎ য়োমল্লিদা—

ছৌজিক করি তাক্লিঙঙাই অমুক লৈরি "ইখৌ-লাংবা" নীংথিজবা তেংথারোন-নি। বস্ নীংথিজরসমু। অদূদা নীংথিজবা অনীনি। পান্দদা নীংথিজবা অম', মন্নুং থীংনা নীংথিজবা অমা। 'ইখৌ লাংবা' দি মন্নুং থীংনা নীংথিজবা কাংলূপ চনবা ময়ারব্রা। মাত্থ থম্ননিঙঙাই অমনি। অমুক্তংদগা হাইরপ য়েংখৎখিসি।

'ইখৌ-লাংবা' গী ছৈরম্মা করি? মুংশি-মুঙ্গেঙাল মপাউ। ছক্লিবনা কনা? মৈতৈ ওইবা নিপা। ছৈরাংলিবনা কনাদা? মৈতৈ ওইবী মুজাদা। ছৈরেংনা করম? মৈতৈ-লোহ্লোমিন্নবা তরেৎ-নিপান্নবা ময়েক্লোল।

ছৈদাবা নাকোংগী করি অমুক তানিঙঙাই লৈরি? লৈত্রে,

লোইরে, মতাং অসীগীদি অসী মঙায়রে—নাকোং মানা পেঞ্জকম থোক্লে, পেঞ্জরে। অদূদি নাকোং মানা পেল্লবনিনা নীংথিজরে হেক্তা মহায়রসিরা? মাদূদি য়ারোই। করিনা! থম্মোই অমনা করিনা মবুক থগ্নে? নাকোংনা চাবা মরম, মিৎনা চাবা মরম—মরম অনীনা থম্মোই মানা মবুক থঙৈ।- 'ইখৌ-লাংবা' না মুংশি-মুঙেঙাল ছেরোলদমক ছক থম্মোই মাগী মিৎকী কূম্মৈ পীত্রবদি মানা পূমপেল পেন্নঙাইদি ঙইররোঈ। অদূদি মিৎকী কূম্মৈদি ময়াওদ্রবরা ছেদাবা থম্মোই মহাক্কী? হংলিবা পাউহং অসীমক ঙক্লঙাইনি। করিনা! ইছৈদ-ইছেদা কূম্মৈ থিবসে হাঈফেত্তা নত্তে, ফনা য়াম্না ঙক্লঙাইনি। অদূমকপু ময়েংসি।

ছৈছকপা নিপাদি মবূক্লিংগী ঈছুল অমনা চেল, য়ুম্লোইনবা চেক্লানা পংখোং মখোংজবগুম্বনি। পংছূক মছকচবদনি। মাগী ঈছৈ মুঙঙাই মুঙঙাইতে লেপ্পনা ছৈদাবননি। খোল্লোরবা ইমুংলোল ছৈদাবনা হৈরগা মমুং থীৎনা খভিঙ, মুঙঙাই হৈত্রবম্ব মুংশি হায়বমথৈদদি মাগী থম্মোইদা মপান্নি। অদূনা মুঙঙাইবা মুঙঙাইতবা অসী ছৈদা-ছৈদাক্লরিবা অদূগী থম্মোই মানা পৈরুবা থাকফম্না লেপ্লি। থাক্লোল মশীং ইন মুঙঙাই শকওল্লি। অদূনা হংখিবা পাউহং অসী থম্বক্লরবদা করি অমুক ঙক্লিঙঙাই লৈ।

'ইখৌ-লাংবা' ছৈদাবা থম্মোইগী নাকোংগী মচাক্তা ছন্দে। থম্মোই মাগী মিৎকী কূম্মৈগু পী। কূম্মৈ অসে অচম্বা নত্তে, চুম্নগী অদূক পীনিঙঙাই পীবা নত্তে, য়াওজনিঙাই অদূক য়াওজবা নত্তে। মিথূম্নবা কূম্মৈনি। মুংশি মুঙেঙাল মপাউদা নাকোং

মানা মুক্কবগুম মাগী ছৈরোলগী ছৈরম্না কোন শান্নবা কৃম্মৈদা মিং মানা থুম্না থকচৈ। নাখোং থুম্বা ছৈরোনগা মিথুম্নবা কৃম্মৈগা অনীগী ঈচেম্না খাত্রাং চেনবা 'ইথৌ-লাংবা' নি।

ছৈরোল মথং মথং রায়শিল্লক ছৈদাবা থম্মোইনা মুঙেন্তাল-খোংফম তানসিল্লকপগ্গাই মিরম-কৃম্মৈ অমা হৌরকই। মিরম অদো চুম্নগী নত্তে, শিহৈল্লেবা খোর্জেনা শকওং চুম্না লাক, ছৈরোম্না হিংনয়াঙ্গৈ খা থরায়নরবা শক্তমগী শক্লোলগী পরেং পরেংনি। মখোয়না করি শাইে? মালেমগী কাথল মচা অমগী ছৈদাবা থম্মোই গুংজল তাবা মিকমদা চম্না হৌ চম্না লোই, অচম্বা মুঙডাইবনা পুন্সিগী অথোঈবা মুঙডাইবগুম নীং, থৌরোয়নবা, লাল্লোইনবা পুন্সিনি মতাগুম পুন্সি মিকুপ থুদিংদা পুন্সি লাম্সেল লানত্তাক্তনা মালং মুঙঙাই শরুক য়াত্রবা, ফংজত্রবা পুন্সিগী খোংচৎ অমা থরায়নরবা শক্তমসিংনা তাঙ্কক চানা চানা থূদম্নরবা পুন্সি অমা—শাইে। অদৃদি মিরমসিং অদৃদি কনা কনাগী অমদি করি করম্বা মালেম কাথলগীনো? অতৈ কনা কনাগীবু ওইগদগে? মৈতৈ-নিপা, মৈতৈ চম্নু অমদি মৈত্রবাকীনি।

অরাবা মরম চাম-চামনা ঈত্তাননা, অনংবা মরম চাম-চামনা ঈথিম্নরা চেল্লবা মালং ঈপাক ওংবা পুন্সিদা, উনা উনা উঙমত্রবা, য়েংনা য়েংনা য়েঙঙমত্রবা মৈতৈ-নিপা, মৈতৈ-চম্নু ওইবীগী পুন্সিগী খোংচৎ, ঈচিক হুম্থনা থরায়নবা মিরম্না শান্নবা উবদা কনাগী পূক্লিং শুক্সাৎলোই।

অঙাংবা থূৈম্ব অমনা, মহী খূৎহৈ অমনা অথোঙ্গৈবা নুঙঙাঙ্গৈবা ওই লেল্লবা, মাদূমকস্মু নিংদম শাল্লজবা ফংদা, তেল্লবা মপুন্সি তাঙ্কক পিবোয় পিখল্লরিবা য়েঙও্—

"ঙসি পিচকারীনি
নংগা শান্নিংবনি
থম্মোই ইকৎন্নংদগী
নুংশি-লাইজা অদুগী
ঙাংলৈনবা মহিদো
হৈনিংঙিদা নহাক্তো।
লাইবক থীবা মরম্মা
পঙ্গো কোন্দা লৈবনা
কৌথোক্তুনা শান্নবা
ঙমদ্রে মহি হৈজবা।
চৎখ্রস্ন্ পিচকারীসি
পুড়না ঐগী পীসি
নোংমৈগী 'মুক থোকপদা
নোক্লা নোক্লা কাপকেদা।"

তেল্লবা পুন্সিনি। মশোক কাবা মতম তেল্লবা পুন্সি মহাক্কী পিকখ্রবা তাঙ্কক অমত্তুংদনি। মালেমগী নুঙঙাই শকথংদ্রবা মৈতৈ নিপা মুপীনি। নোংমতং কাওবা নিংদম শাম্নবা ফংজদা কুম্নাং পিরোয় কুমথারি।

অমুকস্মু অমত্তং য়েংখিসি। ঐগ্রী খোংথাং অমনা পুন্সিগী

অথোঙ্গবা মুওঙাঙ্গবা ওই লেন্নবা পুন্সিদা ঙাওজনা চোংলিবা— অহিং কয়াগীনো।

শাবী শানৌ শিংনবু
খুজেংবুদি পাইহুনা
ঔগ্রী-হঙ্গেন চোংববু
য়াওনিংদয়া হাইহুনা
নংবু থোরক্লবদি
শামান্নবা ঐহাকসু
নখুজেংবু পাইহুনা
চোংগনিদো কোইনসু
লাইরেল মথেক শাহুনা
কোকপু ঙাওনা কোইসিবা
....    ....    ....    ....
....    ....    ...    ....

শীংনাইদবা পুন্সিগী মুওঙাই-লক্তা মালেম কোঙ্গায় 'মনা ফংনবা মুওঙাই শরুক য়াক্লদা, ফংবশু ফংজদা—ওহাক অসীদা অমদি অসীগুম্বা অচম্বা—মশান্না থরদংদনা মথোয়গী ওইজরবা পুন্সিনি—মুংশিদয়া? মুংশিনিঙাই, য়াবিনিঙাই ওইবা মৈতৈ নিপা মুপীনি। মথোয়গী মথোক কাবা পুন্সিনিদোসে!

মালং ওংবা পুন্সিগী মুওঙাইবা তাক্কক—মুওঙাই মচাউ শুরবা পুন্সি—মুমওংনবা পুন্সিনি। অদুবু মৈতৈ-নিপা-মুপীগী মরায়বক্তা কোয়া মুওঙাইবা শরুক থুংলমদে—থোগী মপাল লাং থোরোগ্নবা পুন্সিদা মিকুপ অমত্তং—অমত্তংদনি—মথোয়না

মুঙঙাইনজবা—অদুগা মুঙঙাইবমকী মশীং চনবদা নৌরগা নত্তনা, ফনা হম্মনা লৈরবা......য়েঙঙু মুংশিল্লা থোক্লিরবা মৈতৈ নিপা চিনবাল কাংমৈ খু ওহাক মনিংসা হোন্দোক-চপদৌরি। পোথা ফংল্লবী মুজা মথংলেলগী ওহাক নাকওই-জরগদৌরি—

ফম-ফম থক্তা ফমদুনা
তোংজৈবুদি চিংদুনা
য়েংজগেনে নহাকপু
.... .... .... ....
.... .... .... ....
শেকমাই ঙাম্লক অউধী
থাম্বী কোকথোন নাগনবী
নংগী নতারো ইনিদা
তেংবাংবিনি নঙোন্দা
ঐগী ইনাক য়োজবা
শোইদনবু ফংনিংবা।

য়ুমওংনবা পুল্লিগী মুঙঙাইনজবনা অসীদনিদো।

মুজা ওইবী অকেবা, অনৌবা, অমেংবা, অথোৎপা, নীংথিবা, ফজবা পুম্নমক্লা তিম্নঙাঈ কেজবা নৌজবনা পুল্লিগী থৌগাঈ অচৌবা অমা ওইজরিবনি। থোরোয়নবী মৈতৈচন্না থোক্লিরবা পুল্লিদা. নিঙঙোল ওইরে নিঙঙোল ওইনা, মৌশীং চল্লে মৌওইনা থৌগাঈ-কারল লাকপনা মুজা মাগী শাগোল্লোয়

কেজ-নৌজবা তাঞ্জা ফংদবনা সূম্লোয় নৌজরিবা, সূবখোল্লোয় চৈহা ছৈছকচরিবা য়েঙঙ্

.... .... .... ...

ফৌঙ-শংদা লেপ্তুনা
    তালগা লোয়গা লোইননা
ঙমতক তাবা য়াংলেন্না
    চোনজোল তাবা নিংঙনা
মেংনা থোংপা খুৎতুদা
    কল্ল' শুকপু পাইবদা
ব্রাদববু ঙমদেনে
    খুৎপু হৈনি নিঙিঙনে—
খুদক অদূমক্কদা
    চৈহা চৈহা খোঞ্জেন্দো।
শকলকপদি ইশৈদো
    অব্রাববু কোকইদা।

অঙকপা নীংথিজ্জবা মিৎকী কূম্মেনি। মৈতৈ নিপা মুপীগী খোংচৎ তক্লু তক্লু তশেং তশেং কোন্তুগী তোন ফাওবা—পুল্লোয় শাথেক্লবী, য়াঙ্গেল-তোম্লোয় খ্যাঙ্গোম্নবী, সূক্লোয় চৈহা ছৈছক্লবী, ফুরোয় মায়থোং ঙাংলৈনবী খূদোল হামুক্লবী পারী-মোম্মু লাঙ্গোম্নবী······থোরোয়ননা খোংচৎ হৌ পুন্সি মাম্মী থৌখম্নবী······শক্লোল স্নুনা—অমম্ভা ব্রাম্ভনা উৎপা মিরম কূম্মে নীংথিজ্জৈ, ফজৈ, য়েনিঙঙাইনি—মিথুম্নবা কূম্মনি। মৈত্রবাক ওংবা নিপা মুপীগী পুন্সি খোংচৎ খংনিংব্রা!—য়েঙঙু 'ইথৌ-লাংবা' দা।

অসাঙ্গনা হায়খ্রে—পোৎশক্কী তসেংবা শক্তম ঘিন্নমদনা তাকপনি।

অমুক কারি হায়নিঙভাই লৈরি 'ইখৌ-লাংবা' নীংথিজবা ছৈরোননি। মিংকা নাকোংগা অনীগী পুন্নফম, মিৎলম থুম্বা কূম্মৈ, নাখোং থুম্বা ছৈরেং অনীনা খাত্রাং ঈচেল্লবনি।

হৌজিক্কি থম্মোই মাগী অচারমদি স্নবে: নাকোং মাগী অচারম য়াওরে; মিৎ মাগী অচারমশু লৈরে। অদূনদি থম্মোই মাদি মপেল্লরিনিদনা! অদু হায়নিঙভাই লৈতে। করিনা। চাবা ঙাক্লা, মতুং ইনব। থনবা ঙাক্লা থম্মোই মাগী মপেম্নিঙভাই-মক থক ওইদে।

পোৎলম লৈরিবা পুন্নমক পোৎশক লোইনা তিন্নব্রা? তিন্নদে। মহাউ লৈরিবা অপুম্বা চপ মমান্নরবরা? মান্নদে। পোৎলম খুদিংমক মাগী মাগীদা ওইবা থোইখোইবা অমমম লৈবা ঙাক্লি। পোৎলম অমনা পীবা মুঙভাইবদু অতোপ্পা অমদা ফংনিঙভাই থক ওইদে।

অচাবম মপুংদা অহুম্নি—শারমগী ওইবা চীঙ্গাক অমা, মীরমগী ওইবা চীঙ্গাক অমা, অদূগা লাঙ্গিরমগী ওইবা চীঙ্গাক অমা। অমুক মরম অহুম অসিগী মাগী মাগী মরম চামা চামা লৈখ্রিবনি।

পোৎলম পোৎলমদূগী মহাউ য়েংহনা অচারমগী পথৌ অহুম তাবগুম, পোৎলম পোৎলম অদূগী পোৎশক য়েংহনা

চারমদগী মরি তারি—ছায়না চাবা, থক্লা চাবা, চুপ্পা চাবা অমদি লেক্লা চাবা।

পোৎলম পোৎলমগী মহাউ পোৎশক পোৎশক্কী মচা খেন্নবনা পুকথন্দগী খেন্নরে। অহাউবনা থনবগা হাউতবনা থনবগা মান্নদে. অছায়রম্না থনবগা, অথক্লম্না থনবগা খেন্নে—থরদা নত্তে—ফনা য়াম্না খেন্নে।

অদূনা থম্মোই মাগী অপেন-পেন্দগী ৱাদি পোৎশকতা, পোৎহাউদা লৈরে। অদূদি য়েংসি 'ইথৌ-লাংব' থম্মোই মাগী কাদা পোৎলম পোৎওং করি পী।

মতাং অসীদা ৱাফম অমত্তুংদগা নাংসংননিঙঙাই ওই। থম্মোই মাদি করম্বা পোৎচানা পেন্নে? নাকোং মানা পুরকপা, মিৎ মানা পুরকপা পোৎলম অচারমসিং অদো উম্নগা কাউরেল মানা তোবগুম তপ্পা তপ্পা ছায় অম্নুম অম্নুম থরা থবদং ওইনা য়োৎচবা মচা অদূদনি মানা পামজবদি! ছায়র-ছায়রগা ওইনম্বা পোত্তা অদূদনি মানা পামজরিবদি।

ইথৌ-লাংবা মাগী ছৈরোল অমনীদঃ ৱায়শিল্লকপদা ছৈদাবা থম্মোইনা হেক্তা মথংজৈ মাসী মৈতৈ-নিপা ওইবনা মুংশি-লাইজা ইথৌ-লাং মানা খোয়দাজবী কনাগুম্বী মৈতৈ মুজা-ওইবী মকাদা মাগী থম্মোই মপাউ তমজননি। মাদূদা থঙঙকপদা পাউখংগনবা ছৈদাবা থম্মোই হেক্তা পাউহংলকই, "করিগীনো? চুম্নদা মৈতৈ নিপা মুপীদা পান্দুনা নিপা মুপী অনৌগী মুংশি-ঈকৌনবা তাকপরা? নত্রগা মৈতৈ নিপা মুপী অনৌদা খোর্জে

মানা থংজবা অমা লৈদ্রুনা পানগে হায়না পাল্লিবরা ?" মতাং অসীমক্তদা পাউহং পরেং অমত্তদা হন্ডিত্তবদি য়ামখ্রে। অদুবু মাগী পাউহং অসীমতা মলোরসি।

হৌজিক্তি থম্মোই মানা থন্থরক্লে—মুংশিবা—করিনো ? অমা ওইনা থম্মোই পুম্না কোন, ময়াম ওইনা থম্মোই খুদিং ময়, লংলা মানা ওইবগুম লৈরাং লৈরেংথরকপদা মালেম ওংনরায় থম্মোই পুম্নবু লংতূনা থম্মোই লৈরাং পরেং লেং লৈবা পোৎ-লমনি। অদুনা লংকম অমদা চিংনিংবা মকমদা হেক্তা চিংবদা থম্মোই খুদিং লেংদনিঙডাই পান্দনিঙডাই করি লৈ ? লৈতে। অদুদি মুংশি-মুংঙডাগ্গ মপাউ পাউখুমদনিঙডাই থম্মোই কনা লৈ ? লৈতে। অদুদি নিপা-ওইবা থম্মোই অমগা মুপী ওইবী থম্মোই অমগা হেক্তা মমুং-শিনবা য়াররবরা ! য়াদে, য়াকন থোক্তে। করিগী ?

ঐখোয়না পুন্সিগী খোংথাং খোংথাং খুদিং তত্তনা থেংনৈ। খোঙ্লো অমা লাক্লবদা ফোংনা খোম্নাইবা পোৎলম পুম্বনা চপ মান্ননা, খুদক অমত্তদা খোনওকই। খোনওক-খোনকমদি মান্নব্রা ? মান্নদে। ভক্রা ? খোঙ্গেল অতিয়া মাগীদনি। অতিয়া মানা তিনবনা খোম্নাই পোৎলমসিংনা খোল্লম খোল্লোয় খোন-ওকচবনি। অদুদি করিগী খোনথৈমৈ ? পোৎলম পোৎলম অদুগী পোৎশক-পোত্তা মতুং ইল অতিয়া মাগী খোনওল্লি। অদুনদি মুংশি মাগী—শকওল্লিঙডাই ওইব্রা ? ওই।

পোৎশক পোৎচাক তিন্নরে খোনওং খোঙ্থোক মাম্নৈ।

মক্ষম, মতম, মওং, মচুনচিংবা মরম কয়া কয়ানা লেংনাইদবা অচুম্বা কয়া কয়া লেংনাইবা, ওন্নাইবা পথেদা চিংশিল্লি।

থম্মোই কনাগুম্বনা সুংশি পাউদম্নকপদা থম্মোই খুদিং মুংওল্লি। মুঙেঙাগ খোংফমদি তিন্নদে, খোংফম চাং মান্নদে। নিপা-ওইবা থম্মোই কনাগুম্বনা সুংশি পাউদম্নকপরাঙ্গী মুজা কনানা পাউখুম সুনা খুম্মি? নিপা ওইবা মানা ওংজবা মালেম কাথল অদুদা তিন্না ওংজিবী, সুংশি মপাউ তম্ননিঙঙাই ওইবী মুজা মাদনা মপাউ সুনা হনবা ঙম্মে। করিনা! মক্ষম, মতম, মওং, মচুনা লম্বী য়াল মাদনা মরোল সুনা খঙিঙ—খুম্মি। অতৈনদি খোল্লোয় খোনওক্লবগু খোম্থাং খোনচাননা ওকপা ঙমদে।

লাইজা ঈগোন্নবা তুরেন্না লৌবুক মাবু ঈচাঈত্রা! পংচাঈ চাঈদে। ঈথৈ লাখোং মচা মচাদনা তুরেল মঙোন্দগী ইখাঈ লৌ লৌবুক মাবু ঈচাঈবি মানা ফোঙাংনজবা নত্রা? মালং মাবু ঈথুম্না, নোংলম মাবু ঈপানা, হৈনম, হৈনমনচিংবা মরম চাম চামনা ঈপোম্না চেল্লোবা সুংশি ঈচেল, ঈচেল মাগী ঈথাইদি কনানা পুই? মুজা-ওইবীদনা। মুজা মাদি করম্বা? পুন্সি লৈপুন্নসি মতাগুম সুংশি মপাউ ঙাইবগুম মালেম কাথল তিম্না ওং পোকমিন্নবী মুজা মাদনা ঈথাই চাউনা পু ঈথৌ-লাংবা থম্মোইবু থুম্না ঈচাইজবা ঙম্মি।

মৈতৈ ওইবা নিপাগী থম্মোই মৈতৈ চম্মুদনা মখঙিঙ। তসেং মুংশি-ঈহাউ থংনিংত্রা? মৈতৈ ওইবী চম্মুদদা মৈতৈ-ওইবা নিপা নংনা ফংজনিঙঙাই নি।

অসৌনি—খোৰ্জে মাগী মপাউ, থম্মোই মানা পেনবা হৌরে।

পাউহংগনবা থম্মোইনি অসাঙ্গনা হায়খ্রে। পাউহং মথং অমা তনলৌ লৌথরক্লে—নিপা ওইবা থম্মোই মপাউদা করিগী তম্লিবা? মুজা ওইবা থম্মোই মপাউদি করিগী তমত্রিবা? খোৰ্জে মানা নিপা ওইনা পোক্লখাই নিপা ওইবা থম্মোই মপাউদা মখংলু মুজা ওইবা থম্মোই মপাউদি খংলু তারুবা লৈতা তৌরবরা?

মাদূ ওইরব্রস্নু য়াই, ওইরমদবস্নু য়াই, থিরুবগীস্নু খোইনা কাম্লদে। করিনা! পাউখুম ফংনিংঙাই খোইনা উদে। অদূদা অসৌমদি য়েংনিংঙাই ওই—ছৈদাবা থম্মোইনা খোৰ্জে মাগী নাইতোম ওইবা পাউদম অসৌদগী করি খুল্লনিংঙাই লৈ

মালং ওংবা পোংলম পূম্নমক লমজাউ ওংবনা কয়ানি, তাইবং-থোংজিল ওংবনা কোঙ্গায়নি। লৈরম মানা খূদম ওই লমজাউ ওংবা পোংলমগা য়ূমওংনবা পোংলমগা করি খেন্নৈ য়েংসি। লমওংনবা লৈপান্না কনানা য়োকই? নোংদোল মাগী লাইজনা। য়ুমওংনবা লেপান-না কনানা? খূৎচাইনবা লাইজনা অনৌদূদি মান্নব্রা? মান্নদে—মরম পূম্নমক্তা খেন্নৈ। লমওংনবা লৈরাং লৈরেপ লৈপুং নাংথিনা কাঙ্গ: ঈংনা, মেংনা, নোনা, নাংথিনা, ফম্‌না, মিৎলম কনা য়েঙঙদা, ছৈরাং করি থোরাঙঙদা, লৈরাং মাগী লৈশক লৈচনা লমজাউ নাংথি থাক-হাপ্তা, লৈনম মাগী মুংশিবা লমজাউ তাবা মালংদা য়েল, মৎস্তুগী মশক্তা মৎস্তনা মুঙ্গাউনা নিদম শাচে। য়ুমওংনবা লৈরাং লৈরেপ

ফারোদনা মফাদে, ফারমুদনা মফাজৈ ; অদুগা শাস্তোক্লকপা লৈরাং লৈপুং ফায়দা হায়সি হায়ঙমদে, ফাদে হায়সি কদায় শাৎলি। মাসী অয়াম্বদনি—অমা অনীদদা নস্তে।

মালং ওংবা লৈরাংগী লৈরেপ ফারম অনী স্থবগুম মীওংনবা মুংশিবা মরেপ কানিঙ্ঙাই মরম অনীনি। অমনা মালং নোংলম ঈপানা চেল্লোবা মুংশি ঈচেলগী ঈথাই চা চাউবনি, অদুগা অমনা মুজা থম্মোইনা ঈথৈনা চাউবনি। লমওংনবা লৈরাংগা যুমওংনবা লৈরাংগা লৈশক্তা লৈচুদা, লৈওংদা লৈতাদা—মরম পুম্নমক্তা খেন্নবগুম মুংশি মওং অনীসিগু পুমথেল খেমৈ অমনা মনীং তম্না লৈবনি, অমনা মীপা পোল্লা লৈবনি। অমনা মুঙঙাইবা হাম্নবদুমক্তি অমনা মুঙঙাইবা হায়বদুগী মনিলদা হাইফেৎ লাংজবনি।

মীয়েংনবা মুংশিবা—তসেংবা মুংশিবা কোদে লোংদবা মুঙঙাইবা ফংদে। মীয়েংনদবা মুংশিবা—মুংশিবা হায়বদো অদুনি। লোংদবা মুঙঙাইবা হায়বদুমক্তি।

ঈথৌ-লাংলবা থম্মোই মপাউখোল থম্মোই মানা থৌরাং-জরবা মুজা মাগী থম্মোইনা পাউথুমদে। অদুব ইথৌ-লাংবা মানা করিমতা খঙ্গক্নদে, মাগীদি মুংশিজবদুনা মুঙঙাইবনি। মুংশি পাউথুম ফংলে কৈ ফংদ্রে কৈ, মুজা থম্মোই মানা ওইগে হায়বদা ওইথিবদা মাগী করিমতা কায়বা লৈতে—মুংশিরগা লোইরে, মরম পুম্নমক্তা মুংশিজৈ মুংশিজগনি ছকচরি ইথৌ-লাংবা থম্মোই—

.... .... ....

অঙাংববু ওইরগা
অঙাংবীবু কৌ.গদা
শংবী.গবু হাইরস্নু
শংবীউদা অত্নস্নু
থরো-শংবী হাইনহুম
পোনস্নু ঙাইদ্না নমিংহুম।

সুংশিরম্নগা সুংশিব, সুংশিরমদ্রগা সুংশিদবা অদূবু সুংশিবা কৌব্রা! মাদূদি মাগী মপালগী লোনচংনি। সুংশিরম্নে সুংশিবা, সুংশিরমদ্রে সুংশিবা অদূদবু সুংশিবা কৌরোইদ্রা! য়েঙগু—ইথৌ·লাংবা থম্মোই সুংশি-লাংদা তা সুংশি-খোংগংনা শিগদোরে, মুজা মানা খোয়দাজরুবী, মাগী রাখন-মতা থনবিদে, হম্না মকপু য়েংবিদে, অদূবু হে হায়রবা পোকপা লৈতে— অরোইবা মীকুপ ফাওবা ছদচরি—

.... .... ....

নংগী থরাই পেন্নবা
ঐনা লাংদা চংজবা
লোশন্নবা লৈতনা
লৈবা তারে শিহুনা
শিরমদাইগী মতমদা
নশক উহনবীয়ুদা

.... .... ...

মালং মাগী লোনচং করিনো? নীঙথৌবদগী অপাম্বা

পাম্মবদগী মিহৌবা, মিতৌরুবদগী অমম্বা, অমম্বদগীদি করি হায়নিগুঙাই লৈ—অমাংবা পুম্নমক নব্রা! অদুবু মীয়েংনদবা মীগুংশি মালং লোনচৎ ব্রাংমদনি—লাইগীদা ওইবা লোনচৎনি—মুঙঙাই মাগী মশক্মক্মি।

থম্মোই মহাক অদুগী থম্মোইন্নুং মীয়েংনদবা মুংশি মঙাম্মা তাপ্রবদা অরা-ঈচোম্মরবা মালং মাগী ঈচেনগী ঈরৈ করম্বা, ঈথিল করম্বা, ঈহন করম্বা মাবু ঈয়েনবা তম্মুগদগে, ঈনম্মরুবা করি মতিক লৈ!

মতাং অসিফাওবদা ছৈছকপা খোর্জে মতুং ইন ছৈদাবা খোর্জে ছেলোল ফনা য়াম্না ছক্লে—

মালং শউম লাংবরাই
ঈথুপ্নরম্বা ঈপোম্না
হরাউ ঈচোংজবগুম—
খোল্লম অমা লাকপরাই
নোংথুপ্নরম্বা খোঙ্গেন্না
খোল্লোয় খোনওকচবগুম—
থম্মোই থুদিংনা ছৈহৈঙ্গ
মুংশি-মুঙেঙাল মপাউখোল।

---

খোর্জে মানা শ[illegible]ক
ছৈরেং মানা থবায় হাপ—
সেকমাই ঙাম্বক অউম্বী,
কোংয়াং তোংজৈ খোম্মিবী

মুজা মাবু তন্না কৌ,
থংলেন মনাক তন্না চিং
থোরোয়নবা পুন্সিদা
মার' পুন্সি থোংফমদা
মিকুপ 'মদং পোত্থাবা
য়ুম্বাল তোন্না পান্নবা
নত্রা থম্মোই সুঙেঙাল্লোল।

নুংশি মানা লংলা ওই
থম্মোই খিবিক লৈরাং সা
লৈরেং লংতুনবনি।
লংলা লংফম অমদা
চিঙঙ্ চিংনীং মফমদা
থম্মোই থুদিং পানগনি।
নক্লে নক্লা নকপান্নে,
লাপ্লে লাপ্লা লাপ্পান্নে—
নকপান্নবনা কন্দরা
লাপ্পান্নবনা শোন্দরা—
মৈতৈ নিপা নংগীনা
মৈতৈ মুজা মাদনি,
মৈতৈ মুজা নংগীনা
মৈতৈ নিপা মাদনি।

---

মুংশি মশক থায়বনি—
মীয়েংমবা অমনি,
য়েংনদবা অমনি—
থকৈ থানা হেনবনি।
য়ুমওংনবা লৈরাংনা

তাইবং ঈচাই ঙাইবনা
লৈরাং চাউদম শিংপগুম
থক্তি চাউদম শিংপনি।
লমশংনবা লৈরাংনা
নোংদোল ঈচাই চাবনা
লৈরেপ নিংদম ফাবগুম
খাদি মপুং ফাবনি।
মাদি নীংদম শাংপনা
মিংলম কনা থিকদে
চৈরাং ঈখো লাউরুদে,
মথন নীংদম পাইরুদা
মরোম নীংদি পেইরুদা।

---

মওক্লে, তোক্লসি চৈরোই অমত্তং চক্লগা—

চৈরোল চৈরোলগী মনুঙওাই অমমম লৈনৈ চৈরোল অমনা নুংশি-নুঙেঙোল মপাউ চকই, অমনা অথোবা মপাউ তন্মি, অমনা অনৌবা পুক্লিং মপাউ থাই, অমনা নোক্নীংবা মপাউ পুই, অমনা অঙকপা রারী লী, অমনা অকাবা মওং উংলি, অমনা তুজুংবা রারী শাই, অমনা অচাকপা ফীভম য়েকই, অদুগা অমনা অঙীংবা মওং পী। মনুঙওাই মাপল অসীবু নুঙেঙোলবা ( শৃঙ্গার—লোয়ননিংবা ), অথোবা, অতিকপা, নোক্নীংবা, অঙকপা, অকাবা, অথুকপা, অচাকপা অমদি অঙীংবা হায়না খংনৈ। মনুঙওাই খুদিংগী মনুংদা অমুক থাক্লোন কয়া কয়া চংলি। থাক্লোনসিং অদু সুনা চকপা ওয়া চৈরোলবু অফবনি লেপ্পে।

'ইখৌ-লাংবা' মুংশি-মুভেঙাল মপাউ ওম্বা ছৈরোম্মি। অদুনা মাগী মনুঙঙাই মুভেঙালব-নি। অসীদা হংনীঙঙাই অমা লাক্লে। 'ইখৌ-লাংবা' মুংঙালবা মনুঙঙাই থাক্লোল মুনা শায়োন মুনা ছকপা ওম্বা? ঙমদে, ঙম্নফম থোক্লে, ছৈরোল অয়াম্বনা ছকপা ঙম্নদে। করিনা! 'মুভেঙালবা' গী মনুংদা—মথক্দদা নত্তে, মনুঙঙাই খুদিংমক্তা—ছৈবু ওইরিবা শক্তমগী শীংনাইদবা ছক্লোল-নি। খল্লুবা, নীঙলুবা, পাম্নবা, হৌরকপা, লাম্থোরকপা, নীংজিংনবা, নীংথুংদবা, থৌওইবিরমদব,......অসীনচি বা চাম-চামনি। কনানা ছকপা ঙমগনি!

অদূগী থক্তা 'ইখৌ-লাংবা' দি ছৈবু অনীশুবা ছৈরোল নত্তে। ছৈবু অমত্তগী মুংশি মপাউনি। মুংশি মাগী পাউথুমখিবশু উদে, তৌজিক তৌজিক পাউথুম্নিরকপশু লৈতে। মাসিদি মুংঙালবা মনুঙঙাইগী কাইতোবা পাঙ্খদা লৈবা ছৈছক্নি। অদূনা ছৈবুগী শক্লোপ প য়াম য়াম্ন পাম্মুনিঙঙাই থোইদোকপা উকদে। কাইতোবসী পঙ্খেদা থম্মোই মুভেঙাম্নিঙঙাই ওইবা শক্তম থরদি—মাসিদনি চায়বা নত্তে—অদুক খুদমগী দমক্তনি—

চৎথ মু পিচকারীসি
পুক্‌না ঐগী পীসি।

মনীংদি থুংজত্রবা মুংশি ঈথৌদি লাংখ্রবা থম্মোইগী মবুক্লিং মুংশিবা মপাউখোন অসী তাবদা থম্মোই পানবা কনাগী থম্মোই শোক্লোই। মাসী মিরমদা তারিবা মবুক্লিং মুংশি পিরোয়নরবা শক্তম উবদা থম্মোই কনা পিরাংলোই।

য়েঙ্গু নীংঙ্গিংনরবা থম্মোই, অমদি মাগী শক্তম—

নংনা থাকপা লাং-অদো
অমুক্তবু নিংউদো
লাংবু অনী থাকপরা
ঐগীসিবু কাওবরা
করিগীনো অসোমদা
মায়োন্দবা অমুক্তা।

ছৈরোন ছৈথাং খৃদিংদা—'মুঙেঙালবা' গী মুংচনবা মুংশি শক্লোল কয়া কয়া উবা কংগনি ইথৌ-লাংবদা। মথোয়দু উবদা কনা থম্মোই পান্দনিঙ্গাই নৈ।

ইথৌ-লাংবা—ছৈদাবা থম্মোইগী নাকোংগী নাথোং থুম্বা ইছৈ, মিংকৌ মিংলম থুম্বা কূম্মৈ, থম্মোই মাগী থম্মোইগী খোয়থুম্বা মুঙ্গাউরোল—পূম্নমক্কা, পূম্নবা নীংখিরবা ছৈরোল-নি (কাব্য), মুংশি-তেংথারোল-নি অমদি মুংশিরোলনি (প্রেমতত্ত্ব)।

মুংশি মপাউ তানিংবা
মুংশি মশক থংনীংবা
থম্মোই কনানা
ইথৌ-লাংবা পায়োইদোবা নৈ!

শ্রীমীনকেতনসিংহ
তাং ১৭। ১০। ৪৯ ইং।

———

হরি ওঁ তৎসৎ

ইম্ফাল,

য়াম্মুং ! তাং ৫ । ১০ । ৪৯ ইং

'ইখৌ লাংবা' পাজবে। অচানবা পাবদা চুম্নগী পাথং অমনা মশুং মমান্নবী অমগীদমক্তা মুংশি ইখৌ লাংতনা থুগং ইশৈ শকনবা শৈরেং ওইরবোই নিংলুরে। মুম্না পাশল্লুবগা কাইথংদা ভাব অমা তাবকই। উতোংদা হাপ্লা খোইচি অশেংবব শক-মান্নবা চুচিগুম থল্লুবা ঐগী অরানবা রাখল ওইরমলে। 'ইখৌ-লা'বা' পারগা খংচৌদনা ইহে বকপা রাখলগী ইথক অসিম্মু অরেম্বদা মাংহজনিংদ্রে। কোংদোয়না রাখলগী ইচেলদা তাওথমিন্নসি। "বিশ্ব জগৎ অসি ভগবানগী বিভূতি ওাক্তনি। মতোন্দগী তে'ঙ'নবা অমত্তা লৈতে" হায়বা গীতাগী পাওতাক মতুংইন্না তাইবংপান পুম্নমক অসি ঐখোইগী গুরুনি। নিংথিবা ফজবা, অরু-অহেন, অথোইবা পুমম্নক মহাক্তী অংবেপ্পা লৈতবা শকলোন ওাক্তনি নিংঙ'ইচাউবা মচাবু মমা মপানা শান্নপোৎ, অচাপোৎ পিশন্দুনা খেম্বগুম অবিদ্যা মায়াদগী থোকপা অপাম্বা, মিহোবা, মিনম্বা, ওইদবা মুংঙাইবনা ঐখোইবু শুম্মাংতুনা থম্বনি। মায়া অসিগী রাংমদা অশেংবা প্রেম লৈ। অশেংবা প্রেম অহুগী মশক 'ইখৌ-লাংবা' গী ১৬শুবা মতাংদা তাকলি :—

ইরাং চাউবা তাইবংনি

মহুদা কাম পোকপনি

চোকথগনবা কাম অদো
ঐগী নত্তে খংউদো।

*　*　*　*

তশেংনা খংজরে—'ইখৌ-লাংবা' গী প্রেম নিষ্কাম প্রেমনি। ইশাগী ওইজবা, অর্রা-অনা কয়া হুনজেক্লুনা অপাম্বা রাখল থমদনা মু'শিবগীদমক্তা মুংশিবা প্রেম অসিদি—সতীনা পতিদা, ভক্তনা ভগবানদা লৈগদবা প্রেমনি। অসিগুম্বা নিষ্কাম প্রেমদগী পোকলকপা রস অদু যোগী, জ্ঞানী অমসুং ভক্তশিংনা খোরাং-তুনতা লৈ। যোগীশিংনা "জীবাত্মা অমসুং পরমাত্মা" অদুগা বৈষ্ণব ভক্তশিংনা "রাধা অমসুং কৃষ্ণ" অনিগী মরক্তা অমসুং অনিমক্তা লৈরিবা প্রেম অদুতবু ইখৌ লাংজে। প্রেম অদুমক ঈশ্বরনি হায়না লেপ্পী। প্রেমনা জগৎ য়োকলিবনি। প্রেমনা জগৎ শান্তি পিরিবনি। প্রেমগী মশক ওইরিবী রাধা অমসুং প্রেমগী তুংনফম কৃষ্ণ অনিমক্কী রাখলদা নিমাই পণ্ডিতসু প্রেমগী ইখৌ লাংখ্রিবনি। প্রেম অদুগী মশক মওং তাকপদা মপা চাবা অমা য়েংহুনা পানশনগে হায়বদা পানশনবিয়ু। দোষ তৌজরোই। অদুবু তমথিবা হায়গদ্রা নত্রগা মুংশি হৈতবা কৌগদ্রা? প্রেম-রসকীদমক্তা ডাওজরিবা ভক্ত অমবু ইলায় লায়না মনিং থুংহন্দে। রাধাবু কয়া রাহল্লে; সীতাবু কয়া চাকহল্লে অরাবগী পন্দোন লোমহুনা থাইন-মৈচাকনা চাক্লুনা অশিবগী পান্দমগুম রাম্বরবা মতমদা প্রেমামৃত থিক্লুনা অমুক হিংগৎলকপনি। পুন্নমক মাগী খোরাংনি। অর্রা অনা খুদোংথিবনা

থল্লবা প্রেম পরীক্ষা অসিদা ঙাওত্থনা প্রেমগীদমক্তা ইথৌ লাংলিবা অঙকপনি। থোইমুনা লৈগী লৈহি নত্তনা অতৈ চুপ্প্রদবগুম ভক্তনা অরাবা কোঙ্গাই থাংত্থনা উমং-রামংদা চাদ থক্তনা মমিত্তা মপী তাত্থনা ফনা কৌজৈ; পাক হেক খুম্বী-রক্কে। সংসারগী মুংঙাইবা পুম্নমক থাদোকচরবামক্তদা অত্থদগী হেনবা অরাবা কয়াম্ম পিশিল্লি। অত্থ ফাউবদা ইথৌ লাংবদি তোক্কে। মতাং অসিদা ভক্ত তুলসীদাসনা শকলম্মী—

"উপল বরষি তরজত গরজি ভারত কুলিশ কঠোর
চিতব কি চাতক জলদ ত্যজি কবহুঁ আনকাওর?"

অকনবা লেন তাই, অকিবা খোঙ্জেলনা কয়া থাক লাউরি, অকিবা বজ্র থাদৈ অত্থ ফাউবদা নোংগোবীনা নোংবু থাদোক্তনা মায়কৈ অতোপ্পদা য়েংবরা?

কয়াদা নিংথিজখ্রবা অয়োবা প্রেমগী ইথৌ লাংবনো! অম্বমনা কামগী কায়দোংফম অরা মুঙাই ইচেলদা হঙ্গংহন্দা তাওত্থনা নোংম-নোংমগী মমশিল্লক্রব', মচিল লোংলবা ঐগী থম্মোই অসি ঙাল্লকপা ঙমনবা— অপাম মুংশি মুংওলগী মনম লৈত্রবা নিষ্কাম প্রেমগী মৈরাত্থ চুরগা মহাক্তবু ইথৌ লাংত্থনা লেপ্পবা করম্বা মপোক্তা ওইরগবা থংজত্রি। ইতি—

য়াম্মুংগী
যোগেন্দ্রজিৎসিংহ
স্তাচর কিওর হোম, ইম্ফাল।

———

# ইখৌ-লাংবা

১

হাইয়ু হাইয়ু মুংশিবী
করি পিজৌ হাইবগে
থঞ্জববু ওমত্রেনে
অমা খল্লুই মতোকই
অমা পায়রুই থাদোকই—
নংনা পাম্বা ওইরমলোই—
মালেমদা য়াংতে করিস্নু
চাদে মতিক 'মতস্নু
ওইদে 'মতা চূ'বনু
লৈজববু ঐহাক্কী পাম্মুববু ঐহাক্কী
থবাইবৃদি কোবদো—
অদুদদি ঐহাক্কী—
লোগদরা খুদোলদো ?

১৬-৩-৪৬ ইং

---

২

কনা ঙাইগুম লেপ্লিবা
কনা লাক্কনি হাইবগে
ঐনা শম্বল থুদেক্কুম ?
পাক্ল-পাক্ল ইপাক্কা
তুরেল-লাইজা ঙাইবগুম
ঐস্থ ঙাইরি মন্থগুম
তুরেল-লাইজা নহাক্কী
চেন্থকমবু ওইনিংবা
তুংকম নস্তে থল্লব্রা ?
কাওব্রা ঐবু হুংশিবী
থম্মোই-ইফুব্রুদগী
থোক্লে হুংশি নহাক্কী।

১৬-৩-৪৬ ইং

---

৩

হৈকোন লৈকোন অপুম্বা
হৈরাং লৈরাং পায়রেনে
নথোং থম্বাল তম্লনে।
কনা মশুং লাংগীনো
মিচিন-ফাও য়েংদবা
মোমোন ফাওবা নোক্কবা

মপোক 'সিমা ঐহাক্কী
কৎলগেনে নংঙোন্দা
লৌয়োইদরা হাইয়ুদা।
ফজববু পাম্বরা লন-থুমবু নিংবরা
মগুম্মা নংবু শুম্বরা
মিংপু পাংনা উইবরা ?
চারোগবা কদৌগে
হৈরাং ঐগী অহাওবা
নংঙোন্দদা পিনিংবা।
নম-লোগবা মনমবু
লৈরাং ঐগী হুংশিবী
নংনদবু নম্বী।

১৬-৩-৪৬ ইং

---

৪

য়েনিং-ছুম্বা লাকলেনে
য়েনিং লোইনা ছুল্লেনে
কোকিল লাবা অমোয়া
চিল-ওক্লনা নোকশিনে।
নোকচনিংবা ঐসিবু
হৌবিদবনা তোকলেনে
উন-মতুম নত্তেদা

নংগী থম্মোই অথোৎপা
খংই খংই থোইননে
পেৎনি থম্মোই অকনবা।

১৬-৩-৪৬ ইং

---

৫

করি করি রাগ-না
শকচৌ হাইগে নগুণবু
রাগিণীদো হাইয়ুদা
তারো নাকোং য়োনবু
শৈহৌ কয়া মাংথরে
শৈরোই য়োবা গুমদনা
ঐখোইনিগী ইরক্তা
লৈবা অশি' লমসিবু
ওলহল্লিনে অনিনা
চিলহাওথিবা লৈকোনবু।

১৬-৩-৪৬ ইং

---

৬

থোংজিন-পান্দা লেপ্পবু
কুইরেদকো মুংশিবী
পম্বো য়ুমজাও মম্লুংদা

নিংঙাইদনা লৈরিবী
চাদববু কুইরেনে
থকতববু লোইরেনে
মাপা-লৈতনা য়্যারেদা
অমুক্তবু য়েংলোনে।
মুপী নংগী থম্মোইদি
মুংশি-কোন-নি হাইবদাই
কাওরদরা ঐহাক্কী
মুংশি থুদোল লৌরমদাই

১৬-৩-৪৬ ইং

---

৭

তৌরোদা—য়াহৌরোদা ভূম্মিবী
কয়্যাব কুইনা ভুমগেগে
মুংশি নোংঙানজরগে,
ভুমত্তনা কয়া লৈথিবী।
য়াকাই ইশৈ হৈজবা
লোইনবদি শকলেনে
শোল্লেনেসে য়াৎতনা
করি তৌমা তাত্রিবা
তাশিন্নদ' হাইহুরা।
নংগী থম্মোই থীণাহ্

হোদোরি থুং-হৃৎ করিনা
লৈজবা নত্তে গুজাস্মু—
তম্বিনবা মীহৃস্মু।
নংনা তম্বিদনদি
হৈদোবা কনা য়াওরবা
ঐগীসিনা চৎত্রস্মু
তাকলো নংগী বাগস্মু।
পেম্মদবু শকলগে
নমিংদবু শোল্লগে।

১৬-৩-৪৬ ইং

---

৮

পাপ কয়া তৌহনা
নহাল মপোক অহুদা
তাবিদ্রিবা নহাক্না
তামন্নস্মু তাদেদা।
মপোক মপোক থুদিংদা
নিংজরকপা ঐহাকনি
হাইহ্ননবু খনবনি
কদাই হৌজিক মতৌদি—
মস্থম তৌবা মতৌবু—
লেল্লি ঐনা হৌজিকপু।

করি তৌনা থওইদে—
রাংপা মরম অপুম্বা
তাকপা য়াত্রা নহাক্তি।
ঐগী করি পাপনোনে
চংজরিবা মীদবু--
মিংলৈ অমা তৌবদি।

১৭-৩-৪৬ ইং

---

৯

লাইয়েকপা শাববু—
নশক মান্না য়েকপবু—
ননিং ইথুং থুংদবা—
নশক ইমান মান্দবা।
তুরি মহাই তাকউদো
ননিং থুংনা য়েক্কেদো—
কনা লাইয়েকপনোনে
তমগে মতৌ হাইয়ুনে
পুন্সিসিম্মু চংশম্মু
মপোক লিশিং ওইসন্নু
নশক য়েকপা হৈত্রিক্কাও
তমনি ঐনা অহুক্কাও
অহু নত্রে হাইরগা

ছুরি পিগে হাইরগা
পিবিরোনে থুনমক—
য়েক্লগেনে হৌজিকমক

১৭-৩-৪৬ ইং

---

১০

অহিং অসি ঙাল্লেদো
থানা থরো য়েংলেদো—
কদাই ঐগী থরোদি
করিগীনো লোংলিব্দি
ঐনা ঙাইবা খংদ্রবো
ঐনা কৌবা তাদ্রবো
ঙাংঙ্রানবা চিনবান্দা
পুক্লিং লৈরাং নোকপদা
পাখং পুক্লিং তুজুংবা—
কদৌঙৈব্রু ওইগবা
থরো নংগী কুচুব্রু
থাজৌ হাইত্রা ঐহাকপু
অঙাংবব্রু ওইরগা
অঙাংবীব্রু কৌগেদা
শংবিগেব্রু হাইরস্নু—
শংবিউদা অহস্নু—

থরো-ণংগী হাইনথুম
থোন্সু ঙাইদ্না নমিংথুম।

১৭-৩-৪৬ ইং

---

১১

রাধা পুক্লিং থুনবা—
খোংবা বাঁশী-স্নবদো
ঐগী বাঁশী অসিদা
খাজদনা থোক্লেবো
মুংশি ময়েক হাপ্লদি
পাংদরবা ঐহাক্না
ঙস্মোই-দোর-মাল্লেনে
হাপ্লিযুনে নহাক্না
নন্দগী মচা কৃষ্ণনা
লোৎলমলেদো ময়েক্তি
বাধাগী নি হাইথুনা—
লোৎল-মাল্লে ময়েক্তি
মানা ওজা ওইত্রদি
তাকপিনবা লৈতেনে
মপুং ফানা কনাস্মু
তম্বিবৃ ঙস্মোইনে
চংজরগে মঙোন্দা

কৎলগেনে পুন্সিসে—
লাউজরগে কন্নবু
থোজান্নবা ঐহাকসে।

১৭-৩-৪৬ ইং

---

১২

নংগীদমক ইবেম্মা—
নোংদোনথকস্থু চোংখৎকে
লৈন্নুংদস্থু চংজগে
তৌ হাইবদা তৌরগে—
ভাওনা চৎলো হাইরস্থু
চৎকে মত্থু ওইরস্থু
ইন্নমদবু কপ্তুনা—
লৈয়ু হাইস্থু লৈখোক্কে
তাগে হাইস্থু তাহনগে—
শিরুং-হেন্দোং পাইথুনা
অর্জ্জুনগীবু মথুন্তা
যত্থু বংশ মাইখিদা
ঐস্থু মথুম তৌথুনা—
য়েক্ক-তিংখং নমথোক্কে
নংবু মনা ফংজগে।

১৭-৫-৪৬ ইং

---

১৩

মলয় কোবা চিংনিংথৌ
শো লোন্দুনা থন্মুদো
মুংশিং নামিরবদো—
নোংলৈ মুংশিং অতুমু—
ঐগী থম্মোই-ইপোমবু
ইরাংহনবা মুরদো
য়োৎখিসমু হান্নদা
মুংশি নাকোংমুংদবু
চুমত্রিং ওইনা চংতুনা
তুররিংবা শাতুনা
মাগী থম্মোইমুংহনা
লে জসমু হরাওনা
নেম্না ঙংবা মুরসি—
য়াম্রে হাইরবমুনে
নোংলৈ মুংশিং অকনবা
শিংলো মথরাই অপুম্বা।

১৭-৩-৪৬ ইং

---

১২

ঙসি সিনি পাওতাক্তে
হয়েং শিনি পাওচেন্দে

লৈবিঙৈদা পুন্সিনা
যেংগে পেন্না ঐগাক্না
তাগে তোইনা নাকোংদা
নরাহৈদি থুম্বদা
মৈতাল ওয়্রে হাইরগা
তক্সি শোন্দুনা তোক্লগা
কান্নবা লৈতে থংউদা
১সি মচুমগনিদা
মুংশিবা মশক নাইদয়ে
পান্মুবা মশক থন্দেয়ে
লাই-মবেম্মা বাগী—
খোম্থোক অহানবা অসিগী
মশক লৌর' মহাক্না
চৎলি 'মুংশি' কৌত্না
তাসি খোন-থুম অসিদা
পুন্সি-মহৈ য়াম্নিদা।

১৭-৩-৪৬ ইং

---

১৩

মিৎনা পাংবা ওমদীথৈ
নংগী চেংলৌ য়েংজগে

মিৎকুপ্পদি হাইরুম্নু
নংনহুম হাইনি য়েংলম্নু
লৈয়েং খৎপা ঙমলী-খৈ
মুংশি নংবু কৌজগে
পোত্থাবদি হাইরুম্নু
নংনহুম খামনি শোল্লম্নু
খোংনা থাংবা ঙমলী-খৈ
মুংশি লমদম পাংজগে
য়াৰুবদি হাইরুম্নু
নংনহুম হাইনি লাক্লম্নু
খুৎনা শুবা ঙমলীখৈ
নশুং লাংগী-নোমজগে—
চোকথবদি খল্লুম্নু
নংনহুম হাইনি শুরম্নু
নাকোংনা তাবা ঙমলীখৈ—
নৱাহৈবু তাজগে—
না-মেনবদি হাইরুম্নু
নংনহুম হাইনি তারম্নু
য়াথল খনবা ঙমলী-খৈ—
নংগীদবু খনজগে—
চোইথল তৌদি হাইরুম্নু
নংনহুম হাইনি খল্লম্নু

থরাই হিংহনা লৈরী-খৈ
নখুং লাংগী-হিংজগে
শিনিংবদি হাইকনু
নংনহুম হাইনি হিংলন্নু।
১৮-৩-৪৬ ইং

---

১৬

ইরাং চাওবা তাইবংনি—
মহুদা কাম পোকপনি
চোকথগনবা কাম-অদো
ঐগী নঙ্গে খংউদো
ব্রহ্মগী খোস্তোক অহানবা
অতেং-অথম নাইদবা
প্রেম হাইনা কৌনবা
মহু ঐগী ওইরিবা—
পিনিংইদা নংঙোন্দা—
লৌনি নংস্থু মহুতা।
১৮-৩-৪৬ ইং

---

১৭

ভৌবা ওম্বা মতম-না
তাকলি ঐবু তম্বনা

লোইবা নাইবা ইপুন্সি
নংঙোন্দবু পিথোক্কসি—
নংন্থু শোইদ্না লোগনি
নংগীস্থনে পিগনি
নংগা ঐগা তিন্দুনা
থরোনা নোংমা শাৎকুম্না
নিনিদবু শাৎতুনা—
মতমগী সেবা তৌসিনা।
অরা-মুংঙাই কাওথোকসি—
অনিনা অমা ওইহন্সি।

১৮-৩-৪৬ ইং

---

১৮

করিবুনো থল্লিবা—
অফ-ফত্তা থল্লিবা—
মুংশি মশক থংবদো
অফবদা ওইনিদো
শক ঙাক্কনা চত্তেয়ে
লাইথোক 'মুক্তা লোইবনে
লন-নম্থু নত্তেয়ে
য়ুম-চাক মুক্তা তুম্বনে
থম্মোইমুংদা লোৎলিবা

প্রেম্না ওম্মী হিংজবা
থংনা থংনা কাউবরা
তানা তানা তাদরা
মুংশি মথৌ শংবিউ
নথৌ ইথৌ থংবিউ।

১৮-৩-৪৬ ইং

---

১৯

মালেম ইমা ইবেম্মা
লৌবুক-মচা থৌজানবী,
য়ানা শম্পোৎ খোইবত্র
থুংহনবদাই নিংবত্র—
নতৌ তম্মু হাইহুনা
ঐগী ওইবী অসিনা
তমজবত্র থৌরাংনা
হাইবিয়ুনে নহাক্লা
মাগী থম্মোই অহুনা
ঐগী লৌবুক ওইহুনা
মরু-মরাং হুল্লব্দি
কয়াদ চানি মহৈদি
মহৈ চরোং অচুম্বা
ওম্লি লাইদা কৎচবা

ইপা-ইপু লায়নি

ঐখোইনিস্ন মুংঙাইনি

১৮-৩-৪৬ ইং

২০

শরৎ-থাস্ন চংখ'ব

বসন্তস্ন লোইদৌরে

তাম্না মান্নী নহাক্তি

তোকলে নখোন থোকপদি

নোংগোবীনা ঙাইবগুম

নংনা নোংবু ওইবগুম

ঐনা করি হাইগনি

নংনা করি খনগনি

কোকিল লাবা-অমোম্না

বসন্ত সেবা তৌগুম্না

ঋতুসিনা লৈরি-দৈঙ

তৌসি সেবা তৌবিদৈঙ

ই-থস্তনা য়াদেয়ে

নংনদস্ন য়ারোইয়ে

ঐখোইনিগী ইথৌনি

নংগা ঐগা তোদৌনি।

১৮-৩-৪৬ ইং

২১

কোইকোই তাবা শম্নাংনা
নামিরবা মুংশিংনা
ছুম-হাইবা য়াবদি
শিরে ঐগী-থরাইদি
শক্তি-মিংতা কোগত্রা
কামগী লিক্লুং থোনগত্রা
মানা ক'প্লা তেন্দুদি
থম্মোই পাল্লে ঐগীদি
ঙৌরুনবা য়াতানা
রাথা-কক্কোই-ছুইদেমনা
হাজং ওইনা য়ৈরিবা
মুরা নংনা নোক্লকপা
শাবী কনাই পুক্লিংবু
ঙমগদগে ফাবয়ু।

১৮-৩-৪৬ ইং

---

২২

মুজা নংগী নগুণবু
ঙম্না নত্তে শকপবু
পুক্লিং কল্লবা নিংথৌম্সু
নথুত্তনি তারিস্সু

প্রজা নৈবা নাচুংদে
কন্ত তৌবা হালেংদে
তেহন্নবা হাইদ্বনা
লিন্‌বুবদি ঈশ্বরনা
মুজা নংগী নতেংনা
তেহল্লিনে শোইদনা
প্রেম কৌবা নরলবু
তাকে হাইনা থনববু
কনামতনা ভমদেয়ে
কলম থাবাস্ত্র শোইরকয়ে।

১৮-৩-৪৬ ইং

---

২৩

ইশিং-চাইবী হাইনবু
কৌজগেনে নহাকপু
ন-মুংশি মরিক অমনা
তুজুং লিশিং পোকইনা
তৎপা নাইদ' ইক্‌ংনি
মুংশি নংগী লাইজনি
মরিক 'মতা ওইরস্ত্র
ফংগে নিতি ইহাকস্ত্র
নংগী অচান্‌ মরক্তা

ওইজগেনে অমত্তা
কাওবিগনু মুংশিবী
ঐগীদবু ওইনিংবী।

১৮-৩-৪৬ ইং

২৪

অহিং তাংলৌ থেংলেনে
নংগী রাখলদা লুপ্লেনে
মীয়াম তুমখুন হুনখরে
ঐগীদি কদাই মাংখরে
মাংখিববু নত্তেদা
নংনা হুখিবনিদা
কয়া কুইনা য়েংখিনি
লোই-নাইদবা চাংনি
চাং য়েংলক থুদিংগী
ওইনি ঐসি নহাক্তী
নংবু কাউবা শুমত্রেনে
লাই-রানা পুন্নবরনে।
শামান্নবী নহাকনি
পাম্মুরবী নহাকনি
নংগীদবু রাখল-না
তুম্ব-হিপ্পা য়াত্রেনে।

১৮-৩-৪৬ ইং

২৫

ঙসি পিচকাবীনি
নংগা শান্ননিংবনি
থম্মোই ইফুৎমুংদগী
মুংশি-লাইজা অতুগী
ঙাংলৈনবা মহিদো
হৈনিংঙিদা নহাক্তো।
লাইবক্ থীবা মরম্না
পল্তোকোন্দা লৈবনা
কৌথোক্তুনা শান্নবা
ঙমদ্রে মহি হৈজবা।
চৎখ্রস্নু পিচ্কারী-সি
পুত্থনা ঐগী পী-সি
নোংমৈগী'মুক থোকপদা
নোক্না নোক্না কাপ্কেদা

১৮-৩-৪৬ ইং

---

২৬

খোইমু লাবা খ্বাংজেংবা
ঐনি ওইনা লৈরিবা
লৈরাং নংগী লৈহিবু
ফংগদরা চুপ্নবু।

চুপ্পিনবা লৈরব্রা
মাংহন্দবা ঙম্মব্রা
লৈরবস্পু লৈত্রস্পু
ঐহাক্তুনা চুপ্পস্পু
নংগী করি মাংবগে
ময়েং করি তাবগে
হাইস্নু তাসি মুংশিবী
কৌরি নংবু য়াইফবী।

১৮-৩-৪৬ ইং

---

২৭

ইপাও থাগে তৌবনি
চৎপিনবা লৈত্রেনে
নোংজুথাদা যক্ষনা
নোংদা পাওবু থা'গুম্না
তাইবং শেম্বা মপুনা
ঐগী নোংবু পিদেনা
মলয়া মুংশিৎ অহুস্পু
পুবিস্নু য়াদে মহাকস্পু
মতৌ করম্ তৌরগা
উনসিগে নহাক্না
লৌশিং থেনবা ঐনিনে

মুংশিবদা থংবনে

মুংশি-মরম থুংবদি
হৈজদ্রেনে ঐহাক্তি
লৌশিং চাওবী নহাকনি
নংনা তাকৃপিদৌবনি।

১৯-৩-৪৬ ইং

---

২৮

মুংশি লাইজ থনবনি
মুপী নংগী থম্মোইদি
ইখৌ-লাংবা ঐহাক্তি
থকচগেনে পেন্নদি
ওলাংথানা চাকপনে
খৌরাংবনা হেনবনে
ভমদ্রে খাংবা ঐহাক্‌নে
নংবু খংদ্রবরনে
পিন-হৈবী নহাক্তি
করিগীনো থিল্লিদি
ঐনা লাউবা রাংপনি
হাইবিবরা অহুদি
মরাউ করম লাউদগে
মকৌ তাকউ ঐঙোন্দা।

শোইদনবু লাউজগে
লাইজ-থুজোক পিয়ুদা

১৯-৩-৪৬ ইং

---

২৯

লমদা থাগী পূর্ণিমা
থোকলে ঙান্না চন্দ্রমা
পাথং-থম্মোই পুন্থনা
ন-রম পাংউ হাইরেনা
লম্বেল য়াংপা নহাকনে
থুনবুদি য়াংলোনে
কয়া কুইনা লৈখিনি
মতৌ অসুম ঐখোইনি
মুপী নংসু খাংবরা
ঐহাক্তনা শোনবরা
অহিং তাংলৌ থেংলেনে
থাবু তাথরনিনে
মুংশি-ইখৌ লাংবসি
থুংননবা থকহৌসি।

১৯-৩-৪৬ ইং

---

৩০

শচীদেবী য়াইকবী
পারি নিমাই ফংজবী
দেবীনা লাইবক ফবগুম
নংবু উগে মচুগুম
নংগী ইংল তমপাক্তা
কুন্দুনা লৈবা নচাদা
মপা ওইবগী মিংসিনা
পামজৈ লৈবা য়েংহুনা
লাম্না কাবা য়াম্নুংদা
খোম্লাং থম্না ইনবদা
ভঙক্ ভঙক্ মিংতানা
ইমা কৌগুম ওইনিনা
মচুগুম্বা মুমিংতো
ভাইদরনে নহাক্তো
নচা মাগী মফমদা
নংগা ঐগা মাম্নেদা।

১৯-৩-৪৬ ইং

---

৩১

থরাই তাবী নহাকপু
ফংদরেনে ঐহাকপু

লৈরাং নহাক্ অসিবু
মাঙেম্ লৈচম্ নক্তেবো
থম্মোই কোন্দা শাংচবী
নথন্নতা শাংচবী
থোইমু ঐনা লোংচরি
ঐগীতনি নিংজরি
তাইবং শাংনা থিক্লুরে
নমান্নবী লৈতরে
করি শিংদা চন্দগে
মংলান-চান্দা উদগে
ইখৌ-লাংবা উমংদা
শান্নজবা নহাক্তা
ঐগী থরাও মিংসিনা
য়েংজগেনে তক্তুনা।

১৯-৩-৪৬ ইং

---

৩২

পেংনা নৌবী তনৌবী
য়েংঙ-য়েংঙ নৌরকপী
নথন্নতা নৌদেনে
ঐস্ু য়াওনা নৌরেনে
মান্ন-মান্ন তিনবনে

নং-ঐ শামান্নবনে
শনরিক পরেং অচুম্বা
লৈতে চুম্মি পিনবা
কুন্দ পরেং অঙৌবী
থোংনা নথা কোঞ্জবী
কাংঙ-ঙকতা নহাক্কী
কোইনি মকোই মহাক্কী
ফিগে-ফনেক অরাংবা
লৈতে নখ্বাং কোইনবা
ফী-ঙৌ ইমা বাণীগী
থোনগে নংনা শেৎপগী

১৯-৩-৪৬ ইং

---

৩৫

ফম্ফম্ ফক্কা ফমহুনা
তোংজৈবুদি চিংহুনা
য়েংজগেনে নহাকপু
হঙ্গৎ-হন্দা চৎপবু
য়েংন-য়েংনা য়েংদবী
হাইনোক্কম নোকচবী
ঐগী থম্মোই মুংদদি
হৌরে রাখল মৈতাক্তি

সেকমাই ওাম্বক অউম্বী
খাম্বী কোকথোন নাগনবী
নংগী নতারোইনিদা
তেংবাংবিনি নংঙোন্দা
ঐগী ইনাক য়োক্‌বা
সোইদনবু ফংনিবা।

১৯-৩-৪৬ ইং

---

৩৪

লক্ষ্মী কৌই নহাক্তি
নংগী ওইনি চাকথুম্‌দি
লৈরং-মাংদা ফমহনা
শম্বানদোংবু উক্লুনা
থম্বাল মানবা নথূংনা
খাবৈ-চেগপ পাইবনা
পাথং ইবুক থনবদো
ফংগে হাইনা নিংইদো
শেঙ্গেং পুথম অরংবা
মচংনা মুনবা চাক্‌-ঙৌবা
নপুক্লিংবু তশেংবা
তত্তনবু তাক্লিবা
মহুগুম্বা পুংফমদো

ঙাইহনা লৈরি ঐহাক্তো
অঙোম নোংবান মাইথাবা
কৌচক ইকাই নাইদবা
মখোইনিগী দশাবু
তাহনগন্থু ঐহাক্পু।

১৭-৩-৪৬ ইং

---

৩৫

লম্জিংবিউ মুংশিবী
বাণী মমুম তান্নবে
নংগী মুংশি লৈরাংনা
বাণীগী লৈরেং লোংগেনে
লেংত্র' ইফুং নহাকী
ঐগী করম্-মুন্নিদা
নিতি মহু লুপ্ত না
কলম্না মথেক্ পোন্নিদো
কংউরবা কলম্নি
পিরে রস নহাক্না
তত্তনবু চুপ্তুনা
ঐন্থু মীন্থু লৈরে-না
লমন্ করি শিংউগে
করম্ হাইনা পিউগে

লমন্ শিংবা পামদবী
থংনা থংনা শিংজগে ।

১৯-৩-৪৬ ইং

---

৩৬

ইমাংদা মী কয়ানা
অশি লম্দম্ তান্থরে
মাগী ওইবা মীহুনা
থাইন-পীব্র শিন্থরে
ঐ'দি মহু নত্তে-দো
ফংদবগী পীনিদো
লাইনা করম্ তম্বনো
কদোঞ্জৈ থকদবনো
হাইয়্ তাসি সুংশিবী
উচেক-খোম্হোক হৈরিবী
পুকনিং হুবা খোম্থাংদা
হাইয়ুগবা ঐঙোন্দা

১৯-৩-৪৬ ইং

---

৩৭

থাত্রবরা ঈবেম্মা
নংগীদমক্ লৈরিমা,

নংগী কায়াৎ খুদিংমক্
তিনূগে ঐগী লোইনমক্
মায়া কোৱী কাম্বেৎনা
নশা কুপ্নি নহাক্না
চিংন-ৱাৎপা মুংশিনা
ছুম্‌দোক্কনি সোইদনা
মতম্ অহু য়োৱবদা
নমাই ঙাংলি-গনিদা
নংবু থংবা ঐহাক্না
হয়াও হয়াও কোম্নি-না

২০-৫-৪৬ ইং

---

৩৮

যমুনাগী ইয়াইদা
ইরুবদা সখীনা
নন্দ-মচা হরিনা
কৌবু হুয়ানথিবনা
সখীশিংনা ইকাইবা
কৃষ্ণ ফংবা ওম্‌দবা
মতৌ অহুম্ নহাকসু
ইকাইছুনা লৈরসু
ঐবু ফংবা ওম্মোইনে

ফুংশি মশক থংওইনে
চিংন' কৌবা তীল-অদো
ইকাই-ইকি হাইবদো
ফুংশি মচল্ নম্ভেনে
য়ুমগাই হিগাই য়ানিনে।

২০-৩-৪৬ ইং

---

৩৯

ফৌয়োইবীনি নহাক্তি
ঐবু লোইরি নহাক্তি
ফৌও-শংদা লেপ্পুনা
তাল্গা লোয়্গা লোইন-না
ওমৃতক্ তাবা য়াংলোয়া
চোনজোল্ তাবা নিংম্বনা
মেংনা থোৎপা খুৎতুদা
কল্ল-ওকপু পাইবদা
য়াদবব্ ওমৃদেনে
খুৎপু চৈনি নিংভিনে
খুদক অত্নমক্তদা
চৈহা চৈহা থোন্‌জেন্দা
শক্-লক্‌পদি ইশৈদো
অয়াবব্ কোক্‌ইদো।

২০-৩-৪৬ ইং

---

৪০

মুমিংনা নোংচুপ থাংবদা
নকোক্কা পুলবা পুবদা।
ভাংভ্রানবা নাপ্লত
ঐনা য়েংজনিংবত
উহনবিয়ু ইবেম্মা
চিনবান-থোংদা নোক্লি-মা
খোইরুম্ তৌবা চিনবংম্না
হা তাদাবা হাইহুনা।
কৌরকপদি নহাক্না
তাংজগেনে তক্তুনা
মিচিনা নোকপা অত্তস্তু
নিংজরিনে উবস্তু।

২০-৩-৪৬ ইং

---

৪১

কৌরে কৌরে হাইরগা
থোইন হেন্না কৌনিংবী
য়েংঙে য়েংঙে হাইরগা
থোইন হেন্না য়েংনিংবী
নিংঙে নিংঙে হাইরগা

থোইন হেন্না নিংনিংবী ।
ফজবা পোৎলম্ খিরগা
শাক্তনাবু ওইরকপী ।
সুংশি-ইফুৎ তৌরগা
তক্তনবু চেম্বী ।
ইনিং-সিনা য়েংলগা
থোইন হেন্না পামজবী ।
লাওনে থরাই লৌরগা
ওইসি ঐগী ওইরিবী । Y p. kh. ৫.
২০-৩-৪৬ ইং

---

৪২

চাবা থকপা কাওহনবী
তুম্বা-হিপ্পা হুরানবী
করি তৌরিবগেনে
ঐবু শিগদৌরেনে
মালেম্দা ঐবু থম্ত্রগা
লৈনি নহাক্ কনাগা
পিক্লবসু ঐহাকসে
নংবুদা নিংলিবনিসে
চাওই হাইসু থংইনে
পিকপসু হৈরিবনিনে

ঐগীদমক মু শিবা
পিকনরসি অচানবা

২০-৩-৪৬ ইং

---

৪৩

নরৌশিংগী হাইরগা
অশিংবীবু কৌবদাই
ফজবগী হাইরগা
ফজবীবু কৌবদাই
মীমুংশিগী হাইরগা
মুংশিহৈবা কৌবদাই
নরাহৈগী হাইরগা
রাজাহৈবা হাইবদাই
মিংতা-তাবো হাইরগা
মিংস্না-থম্বাল্ কৌবদাই
খোংথাংগীবু হাইরগা
কাংঙ-ঙম্বী হাইবদাই
নোকপগীবু হাইরগা
খোইরুম্ নোকপী হাইবদাই।

২০-৩-৪৬ ইং

---

৪৪

ঐখোইগীদা লাক্লগা
খ্বাংফীবুদি শাগেরা
পাংযোং ফীব্ শাগেরা
তৌনিংবদা তৌগেরা
থাংজম্না শাবা পাইজনি
উশম্না শাবা থেংগুনি
চন্দন্-চৈব্ মাল্লবা
নংগী তেম্বু শাগনি
পম্থোগীদি য়াপন্দা
হৌজরিবা য়াপুম্দো
তুমনৌ-মান্না ইৎলগা
শমজেৎপুদি শানিদো
লমাংদোংগী চিংদোন্দা
হৌজরিবা লশিংহু
তরে'দব্ নাইহুনা
লংলয়োনে লংলাহু।

২১-৩-৪৬ ইং

---

৪৫

শকপু চাংয়েংনবদি
য়াওহনগেনে নংবুদি

থাগৎলগা নংবুস্থ
 থাগৎশমু ঐবুস্থ
শক্তা য়েংলে লক্ষ্মীনি
 প্রেমদা য়েংলে রাধানি
নংগী কৈস্থু রাৎতেনে
 য়েংবা মিত্ত রাৎপনে
লাৎচগেদা নহাক্‌পু
 কুজগেনে নংত্তবু
কাওবা য়াদে ইবেম্মা
 ভক্তনবু নিঙ্গিভমা
থয়ো-থম্বান কদৌনি
 নংগী নত্তৌ ত্তম্বনি
নোংদোন্ থকী থাজস্থ
 নত্তৌ-তম্মী মহাকস্থু।

২১-৩-৪৬ ই

৪৬

শাবী শানৌ শিংনবু
 থুজেংবুদি পাইহুনা
ঔগ্রি-হঙ্গেন্ চোংববু
 য়াওনিংদমা হাইয়ুনা
নংবু থোরক্লবদি

শামান্নবা ঐহাকপু
নখুজেংবু পাইত্তুনা
চোংগনিদা কোইনম্মু
লাইরেল-মথেক্ শাত্নুনা
কোকপু ঙাওনা কোইসিরা
পুক্নিংদদি ইবেম্মা
খোইরোই হাইনা নিংদরা
তাইশনবদা হৈরবা
য়েত্তুম্মুদি হেল্লিবা
মুংশি কোবা অত্তুনা
ঙইনি ইশৈ-হঙ্গবা।

২১-৩-৪৬ ইং

---

৫৭

হেলোই তরেৎ অতোম্বী
মাপা লৈতনা ফজবী
মশকপুদি ঁত্রিনে
মৎ গতবু তাংনে
মাবু লোইবা মীত্তদি
লৈনে মনাই ওইনদি
চাওরে ভাইবা কৃষ্ণমু
পাইনে রাধা মথোংমু

হেলোই-তোম্বী ওইগেরা
রাধাবৃদি শাগেরা
হেলোই লোইবা ওইগেনে
কৃষ্ণ মতৌ তম্‌গেনে
নখুৎ-চাবা ওইনবু
থম্‌জরোনে ঐহাকপু।

২১-৩-৪৬ ইং

---

৪৮

ইম্বুং-সোরা ঙানবদা
ফাকৃলি-ফাকৃলি মিত্তাদা
নশম্‌-ননা ফাননে
অনম্‌-চুবা শকওংনে
লৌরহ্না নহাক্লা
কোরৌহন্‌গা মাইয়োক্লা
নবুংগীবু মাঙ্গোন্দা
লেপ্তু্নবু লৈবদা
থম্বৌ-তাবা খুদাংনা
ঙাকচরিবা খুত্নুনা
তরং-লাইজা অনংবী
তৈথোকপবু হুংশিবী

উজগেনে ঐহাক্না
  নিংগীবু শোইদনা।

২১-৩-৪৬ ই

---

২৯

থাংজম্-কাটি অথোবা
  মচিন্-তুম্না থৌরিবা
অনিবুদি লোম্নেদো
  লুমাং-নশম্ ককপদা
থাজেৎ-মকোই শানবু
  হৈনে থোইনা ককপবু
কাটি মাবু শাওবিনে
  ঐগী নিংবা কাইরেনে
থাংজম্-শাগৈ তুম্নব
  হাৎলসিন্না নিংববু
মখোইনবু ওইবমদ্রে
  নহাক্না য়ারমদ্রে
নপুক্ ওন্‌বা মুমিৎপু
  থংহল্লোনে ঐহাকপু
নত্রবদি মুংশিবী
  কৌনি নংবু হিংচাবী।

২৪-৩-৪৬ ইং

---

৫০

শনবীদবু হাইরগা
কামধেনু নহাক্কি
উজাওদবু হাইরগা
কল্প-তরু নহাক্কি
পিরো ঐগী মুংশিবী
পিরো পিন হৈজবী
নংগী থম্মোই মমুংদা
মুংশি-নরণ লৈবদা
হাইজরিনে খোরাংনা
হৈবা খোজাগ নহাকনা
লৈরাং লৈমন চন্দ্রিংগৈ
লৈহি চুপকে অত্থৈ
কাওবা ঙমদ্রে নহাকপু
ঐগী থম্বাই নহাকপু।

২৪-৩-৪৬ ইং

---

৫১

দোকান্দবু কাহুনা
কেরেপ-ফীরাং থন্দুনা
লৈগে নংগী থোম্মবা
নংগা মোনবা মাম্নবা

রিজার্ভ বেঙ্কতা চংহনা
লৈগে সনা ওন্দুনা
মরৈ পরেং অচুম্বা
শাগে পুক্নিং হুনবা
ভুমপক তাবা খুনিংথৌ
সনানা মথ্বাং লাকখৌ
খুদোনবীস্ম য়াওশম্ম
খুনাওবীস্ম শিশম্ম
লৈতেংলবা খুৎতুনা
পাণ-খুদপ তপ্তুনা
ইনবিবহ ইয়াদা
চানিংলেনে মহুদা।

২৪-৩-৪৬ ইং

---

৩২

নংদি মীয়োকপীনিনে
মীনা নংবু য়োক্লোইনে
লাইরু-থাংপোক্ শংননে
নংগী মীয়োক্ ওাইরিনে
করিগীবু কাংহনা
ইনাক খুনবা শাহনা
লৈগে হাইনা নিংলিবা

নখৌ কাওংখাকউরিবা
চাক-খুম্ মীরাং থুরেনে
তৈ-খোকলবা ঙাইরেনে
মাঙোন রাইবু চাইরেনে
ওমৃঙ্গিংপুদ পাইরোনে
শঙ্গোই-মাংদা লৈরিবা
পুখ্রী ঐ-না তৌজবা
মছুদগী ইশিংনা
রাইবু ওয়রা নহাকনা।

২৪-৩-৪৬ ইং

---

৮৩

কনানোনে নহাকপু
মুনা-মুনা য়েংলিবু
খোংবু-থাংবা য়াত্রেনে
চপ-পু লেপ্না লৈরেনে
নাংনা চৎপা মাইকৈদা
থরাইসিবু চৎলেদা
মিৎস্থু ঐগী লেংত্রবা
নংগী মাইকৈ য়েংলবা
করি যাছু কৌবগে
কৈ-গী থরাই লৌবগে

হিংনা হিংনা হিংব্রেদা
ঙাওরে নংবু খনবদা।

২৪-৮-৪৬ ইং

---

৩৪

অমুক্-মুংথিনা শুমংৎপী
অহি দদি হিংচাবী
মুপী নংগী নমিংদি
থোক্লি ফন-ঞনদি
ঐদি নংবু মুংশিবী
থৌগে থরাই লাকচবী
নংনা লাকপা মরাক্তি
ননা চৈবা চৈরাক্তি
ওজা মাইবা লিশিনা
লাংথৈ মনা পাইহনা
নংবু তানবা ঙমদেনে
নংবু ফুবা ঙমদেনে
করিগীদি ঙমলুনি
কনাগী মতিক লৈগনি
নংদি নত্তে ইবেম্মা
উখোংশাংগী হিংচা-মা।

২৪-৩-৪৬ ইং

---

৫৫

কৌরৌহনবা মুমিৎনা
শনা-ফীব্ থোনহনা
শাথৌহনা অত্যাদা
লাওরি নংগা ঐগদা
থম্বাল মাগী মুংশিবী
মকা ফম্না শাৎচবী
থম্বাল মাগী মত্তৌবু
তম্জহৌরো নংনবু
ঐহাকস্থনে ইবেম্মা
মুমিৎ মত্তৌ তম্জৈমা
নংগী থম্মোই থম্বালদো
শাৎলো মকা ফম্নদো
মুমিৎ থম্বাল নোকপগুম্
নোকমিন্নসি মহুগুম্
কাওন-মুসি লাইরাসি
মপোক্ মহৈ য়াম্নসি।

২৪-৩-৪৬ ইং

---

৫৬

নোং নংনবু খিকপদি
নবেম্মগী মপাউ-রা

থাম্বী-মৈনা থম্মুংদা
চাকলিসিবু মুৎকত্রা
হুকচাংদবু চাইরগা
থম্মুং-মৈবু মুৎপদি
ওইরোই ওইরোই হাইনবু
করি তৌরে হায়বদি ?
মাগী চেংলৌ থা মানুবী
ইমাংদবু লেপ্তুনা
কোম্ম ঐবু হাইরগা
লাক্কবদি কদোনা
মুক্তা মাগী থম্মোইদি
মুং-চুম্মবু শাদবনে
মেংনা থোৎপা লৈরাংচু
মাগী থম্মোই মশক্নে ।

২৪-৩-৪৩ ই

---

৩৭

কাউরবরা মীমুংশি
মানা ওইরি মালেমশি
মালেম্-থক্কী মমোম্লোই
মীমুংশিগী মতারোই
শিদ-হিদাক্ পীথকলো

ঐহাকপুনে হৌহল্লো
লুংশি নরম তান্নবু
চংকে নিংলে ঐহাকপু
করি-বুদি ঙাইরিবা
থম্মোই অসুক্ কম্থোকপা
মীনা খিংবা য়াওবরা
. ঐবু ফত্তে হাইবরা
ফত্তে হাইন হাইনমক
থীরে হাইন হাইনমক
লুংশি-হৈত্তে হাইবদি
হাইরিরোইদা মত্থদি।

২৪-৩-৪৬ ইং

---

৩৮

মহাদেব নংচদে
ঙমজদেনে শুম্হৎপা
পার্ব্বতী শুম্বশুম্
নংবু ঐনা ঙাওহনবা
অত্থুম্নদি ওইরগা
ঐনা শিব ওইত্ররমু
নংবুদবু কংলগা
লৈজনিংই নকুংথু

উনগী মহুম্ চিংনিংথৌ
নংগী পম্বৌ নৎত্তেদো
মাগী মমোম্ অহুম্না
নংম্ব ঙাওবা ঙমত্রেদো।

২৪-৩-৪৬ ইং

---

৩৯

সনা-কৈথেল অচৌবা
মীয়াম্নবু তিল্লবা
নংনা শেনগাও নথাদা
কোন্দুনবু চৎপদা
মিৎয়েং তাবা য়াওবরা
য়েংহুনা লেপ্পা উদরা ?
কনা নৎতে মহাকতো
ঐহাকনিনে মহাকতো
লুকমাই থন্না থেল্লিবা
পোৎলম শুনা য়াওরিবা
লাইর ঐগী শেন্ফম্না
তোকলে লৈবা ঙমদনা
পীগী ইরা চেনবনা
থুদাং পীফম ভৈবনা

য়ায়বস্সু নহাকনা
ঐগীনিদা মহাইনা।

২৪-৩-৪৬ ইং

---

৬০

নংনা ঐবু মুংশিবা — Aidi mungsi de Aniba
ঐনা নংবু মুংশিবা
পস্থোনস্সু য়োদেনে
পল্লেমস্সু খংদেনে
ইরূপ্-ঈ'জা মখোইস্সু
খংবা নত্তে কনাস্সু
ইনাই-ইশল শিংনস্সু
উবা নত্তে করিস্সু
ঐগী ওইবা ন-মুংশি
পিনিংবনা ভাওবসি
ঐত্না খংই নহাকপু
নংত্না খংই ঐহাকপু
মালেম্-থক্তা লৈরাংনা
নংবু ওজা হাপ্তুনা
নিতিগীবু তমজরি
মুংশি মশক খংজরি

খোইমু মাস্থু ঐগুম্না
নিংলৈ চৎকে হাইহুনা।

২৪-৩-৪৬ ইং

---

৬১

তাইবং কৈথেল কারুসি
হাইরববু মরুপ্না
নংগা ঐগা উনবা
পুংফম কাইনি খল্লিনা
ঐখোই অনি উনবা
নহাক্তুনা খংইদা
ঐহাক্তুনা খংইনে
কনামতা খংদেদা
লোম্না লুম্বা লৈরাংনা
উরবস্থু মহাক্না
থজিক্তুনি খংথিবা
লোইনা খংবা ওমদেনা।
ইকাইদবা ফুংশিৎনা
পুক্লিং-লৈনম্ পুখ্রস্থু
লোইনা পুবা ওমদেনা
থজিক্তুনি মচুস্থু।

২৪-৩-৪৬ ইং

---

৬২

নংগীদমক হাইদ্রুনা
     লৈরাং মচল্ থিদ্রুনা
শেম্জরেনা ফমুংবু
     হিম্পিরোইদ্রা নগাকপু
লৈকোন লেকোন থুদিংদা
     থুবাং-চাংজৌ তরাদা।
লোম্নদ্রুনা নিরুবা
     মচৈবুদি চ'দবা
ফমুং-শেম্বা অচৈবা
     কনাবুদি লৈববা
ঐগী সিবু নগাকনা
     পাম্দবদি অশুম্না।

২৪-৩-৪৬ ইং

---

৬৩

নংনবুদি পাম্নবা
     ইরুজবা কদাইদা
গঙ্গাদবু কুম্মুরা
     যমুনাদা চৎলুরা
লৈনাংগীবু হকচাংসি
     করম্নবু শেংদোকসি

নংনা হাইরঙ্বদাইনে
পুক্লিংদবু শেংউনে
থম্মোইদবু পিউনে
নংগী ওইগে ঐহাক্নে।
গঙ্গা মাবু হুলান্দে
যমুনাবু হনজদে
ঐগী থম্মোই শেংবদি
হেল্লি মথোইদগীদি।

২৪-৩-৪৬ ইং

---

৬৪

লোম্না ফংবী নহাকপু
থংহল্লিংই তাইবংবু } pkb/.
মতম্ অতু য়ৌবদা
অচিক্পদা নৎতেদা
অম্বুক্-পম্বু নৎতেনে
সনা কৈথেল মক্তনে
কৈথেল লুক্মাই মথক্তা
থেন্দুনবু নথম্তা
থ্বাইদগী থোইবা অথেন্পোৎ
ময়াম্গীদি য়েম্নপোৎ
ওইহনবু মুংশিবী

নশক্কুবু ফজবী
য়েংজন্নহনা মুংঙাইবা
পাম্মী মতু ফংহনবা।

২৪-৩-৪৬ ইং

---

৬৫

থুরে শুংশি-লাংদবু
নংনা থাকপা নত্তবা
ভাক-পু তানা থাক্তবা
পংজবনা থুবন্না
নংগী থন্নাই পেন্নবা
ঐনা লাংদা চংজবা
লৌশিন্নবা লৈতনা
লৈবা তারে শিন্থনা
শিরম্দাইগী মতমদা
নশক্ উহন্বিয়ুদা
নংনা থাকপা লাং-অদো
অমুক্তবু নিংউদো
লাংবু অনি থাকপন্না
ঐগীসিবু কাওবন্না
করিগীনো অসোমদা
মাইয়োন্দবা অমুক্তা।

২৪-৩-৪৬ ইং

---

৬৬

পুরেম্বগী মচাদো
খম্বা হাইন কৌবদো
অঙাং-নরা ওইরঙৈ
পীতং-পাতং ওইখিদো
লাইর-চুখ লকুস্থ
ওইখি খ্বাইগী তোনবস্থ
খম্বা মাগী খম্মোইদা
সুংশি মকো'ন শাখিদা
চিংখুবগী মমোম্‌লোই
লাংলেন-মচা অত্থদা
নৈগে হাইখি থোইবীদো
নংনা মত্থ কাওইদো
খম্বগুম্না কৈ-ফাবা
কাওরেল-লাবা লাক্লবা
ঙম্বা নত্তে ঐহাকনে
সুংশিবদি হেল্লোইনে।

২৪-৫-৪৬ ইং

---

৬৭

সুংশি লম্‌দম্‌ য়ৌনবা
লাকেবুদি নিংলিবা

নোংনা বম্-বম্ চুবনে
তোক্লাসিরা নিংদেনে
বিল্বমঙ্গল ঠাকুর
মাবু ওইরোই নিংদরা
চিন্তামনি মহাক্কৌ
ওইরি নংনা ঐহাক্কৌ
জীনবু থৌরি খন্দুনা
মহাক্কুম্না পাইদুনা
নিংঙোন্-কাদা চংলকপা
ওম্মি ইশা উৎলবা
নংবু চেৎনা কোন্দুনা
নথ্বাই ইথ্বাই তিন্ননা
লেনজগেনে অহিংবু
ঐগী ওইগে নহাকপু।

২৪ ৩-৪৬ ইং

---

৬৮

লৈরাং পুম্বা শাংলেনে
ঐগী নংদি চিংথৈনে
জুংশিববু য়েংদরা
পাম্মুববু খংদরা
ইকাই-ইকি লোৎপদি

করি কোংগে অহুদি
অম্লম্ হাইনা লোংগেনে
নংবু উকুবদনে
লৈরাং মথোই অপুম্বা
ইকাইবনা পোইদোবা
মচু খংবা নহাক্লা
লৈরাং মমাই ও কুনা
লৈরাং ময়াম খুন্দিনবা
য়াওদহনা লৈথোকপা
অম্লম্ হাইনা লোংগেকো
ঐগী পুক্নিং থেম্‌গেকো।

২৪-৩-৪৬ ইং

---

৬৯

য়াচংবগী মতমদা
বৃন্দাদেবী মখোংদা।
ধুপ-থাওমৈ কংপদি
লেপ্পা কুইরে ঐগীদি
পম্বোগীদি মমাংদা
নিত্তি নংনা কৎপদা
পম্বো-মাবু থাদোকপা
শাবী-মাঙ্গা য়ুম্ কায়া

চহি-মতাং নহাক্তী
ওইগ্রি থনত্রা মত্তগী।
পম্মৌ মাবু মুংশিনু
পল্লেমবুস্ন থওইনু
ইন-শনববু নত্তেনে
লৈরাং লৈনম চনখিদোব্রিনে।

২৪-৩-৪৬ ইং

---

৭০

কৌরৌহনবা লাইরেম্না
নোংচুপ্ চীংয়া থাংহ্না
সন্ধ্যাদেবী লাইবক্তা
সিন্দূর ওইনা লেপ্পদা
মৈদা ইকপা সনাগুম
লাকপা নংনা মহাকুম
মীচি-তেনবু কাপ্তুনা
পাথং থোংথাং ফাহ্না
শামু-শাজং ঙমজনা
কাংঙ-ঙক্নোম নোমহ্না
পম্মোগীদি থোংগ্রাদা
কুমথরকপা অহূদা

পাখং থরাই কৎথিবা
নংনা করম লোৎহৌবা।

২৪-৩-৪৬ ইং

---

৭১

মুংলান-চান্দা লাৎলিবী
ঐবু মুংঙাইহল্লিবী
করিগী-নো থুগাইবা
এনা মুংঙাই' তুমজবা
মিৎপু পাংলে হাইরগা
কদোমদবু য়েংলগা
উবা ঙংনি নহাকপু
খংনিংইনে ঐহাকপু
হৌজিক্তমক লৈরম্বী
থুনমকপু মাংখিবী
কপ্তুন স্নুম লৈদরা
পীবু থাম্বা য়াদরা
য়েংনিংবনা লোইরেদা
নরাহৈবু তাগেদা
লাওনে লাওনে মুংশিবী
ঐবু খংবা হৈরিবী।

২৪-৩-৪৬ ইং

---

৭২

চাওথোকচবা হাইতুরা
ইকাইরিবা হাইতুরা
ঐনা কোবা থুমদ্রিবা
ঐনা কপ্পা তাদ্রিবা
মেঘ রাগ শক্কুনা
পাগী ইরা থাতুনা
নরম তাম্না য়োইহনবা,
তরাম তরাম ওক্কবা
ইকাইথিবা হাইতুরা
থোশাদবা হাইতুরা
পেৎ না নোবা নহাক্ক
মুংশি-অরা খংলিনি
থিংবা কনা য়াওতুনা
উশন্নদে অতুম্না
কয়া-কুইনা নৌখিনি
নাপংবাবু শাখিনি
হাইয়ু তাশি মুংশিবা
ইথৌ-মশক খংলিবা।

২৪-৩-৪৬ ইং

---

৭৩

চাকনিবব্ শাহ্‌না
পস্থৌকোন্দা চংহ্‌না
লাক্‌চগেব্ নিংইনে
মেক্লকপুদি পাইননে
সুমাংথেলোং অকোইবা
নংনবুদি য়্যৌরকপা
থম্বাল-মানবা মাইথোংহু
লৈহি থম্মা লৈবহু
থোইম্ম লাবা ঐহাক্কা
চুপ্‌চগেনে তুজুংনা
হল্লিংদনা হনবদা
ভঙক-ভঙক মিত্তাদা
য়েংহুনবু লেগেবা
ভমগদম্রা হাইম্মুবা ?

২৪-৩ ৪৬ ইং

---

৭৪

মুংশিহৈবৌ নহাক্কি
মুংশি-ইখৌ লাংবৌনি
করিম্গীনো খিল্লিদি
ম্লেংনিংদম্রা ঐবুদি

অচৌ কোন্দা শাংকেরা
  লৈনম্ নম্হৎ-হনুগেরা
ঐগীদবু শাংলদি
  ঐবু হেনবী নহাক্তি
লৈরাং তোম্-শাংনবীগুম্
  শাংপা গুম্নি মহাক্তুম্
নংবু লোইরোই ঐহাক্তি
  লাংকদৌনি নহাক্তি
অরোই শন্না ফবরা
  অরাং-শন্না চাওবরা
খন্দুনবু য়েংউনে
  লৌশিং চাওবী নহাকুনে।

২৪-৩-৪৬ ইং

---

৭৫

চিংদা শাংপা ইচেন্-লৈ
  নংদি নত্তে মুংশিরৈ
চিনবিনবা য়াংতেনে
  হেক্পিনবা য়াংতেনে
লৈরাং লৈখোক্ অকনবা
  নংগী ওইবা ফংবা
অমুতনা থাংবনে

ওনডা কেল্লদোবনে
খাংলোত্নদি অকনবী
মাললংববু মাইথিবী
ঐগী থম্মোই-ইপোম্মা
য়েংশি কল্লা শিৎতুনা
মত্নদবু কেন্দ্রদি
পাখং-মপোক অসিদি
লোইরগেনে থুনবু
খাংলোদকো নংদবু।

২৪-৫-৪৬ ইং

---

৭৬

নিংথাদবু অঙাংনা
কপ্পবুদি ভাইদনা
ফন্-ফন্‌বুদি চোংত্ননা
অঙাং লৌবা নহাক্না
অঙাং-নপ্পা মাম্মনা
ঐনা হিক্ক কপ্পনা
থম্মাল-মানবা নখুৎপু
তিংথোক্হনবা ওম্ববু
ভাইত্নুনবু লৈয়ুদো
ঐগী ইশক্ থংউদো

থম্মোই মুংদা লোৎলিবা
    লোৎকে হাইনা নিংলিবা
মমা ওই'গী পুকচেলদো
    মৈজাও হৌগুম্ হৌনিদো।

২৪-৩-৪৬ ইং

---

৭৭

নাওগুম্ ইশৈ তাররা
    থম্মোইমুংদা পানবরা
মচুগুম্বা ইশৈবু
    তাগে হাইনা খনববু
করিগুম্বা মুমিত্তা
    খনববুদি য়াওনিদা
মচু খনবা নহাক্রা
    করি তৌরি তুমিল্লা
মতম্ কৌবা লাইরেনবা
    তাদে মীনা হাইজবা
শিবা-নাইবা নপুন্সি
    শিনি শোইরোই নং-অসি
মতম্মবু লৈরিঙৈ
    পুন্সি খোজেন্ লুপ্ত্রিঙৈ

নাওশুম্ ইশৈ ওয়হৌসি
হাপ্পু ওজা ঐহাকসি।

২৪-৩-৪৬ ইং

---

৭৮

থা-থয়োনা নোকমিন্নৈ
চিংগা লৈচিন্ তিনমিন্নৈ
ত্রোং-ত্রোং লাওবী তুরেল্লা
ইপাক-তবু চেনশিনজৈ
কোয়ৌহল্লা থোকপদা
থম্বান-গবু নোকমিন্নৈ
নং-ঐহাক্তি কদৌরে
ঐবু কোনবা ওমদরে
বিধিনবু কাওরব্রা
মুংশি-মচল হাপ্তব্রা
ঐনা কৌবা তাদবা
তুমিল্লবু লৈথোকপা
চুম্দে মহু ইবেম্মা
ঐবু নংনা থংশুমা।

২৪-৩-৪৬ ইং

---

৭৯

চেকলা অনি পাইরিসি
নোংদোন-থক্তা তাওরিসি
লাওনে য়েংসি মুংশিবী
তমসি পাইবা পাম্মুবী
পাইজরিবা লম্দম্বু
হংসি লাওনে থুনবু
নামিরবা মুংশিংনা
মুংশি-ছঙ্গ ঙংহুনা
থৌগঙ্গরি মখোইবু
তাজো কৌরি ঐখোইবু
মুংশি-ইপোম থল্লবা
নোংদোন-থকপু কৌরবা
মখোইগীদি পাইজ ফম
ঐখোইনিগী তান্ন-কম
য়াংপিরেনে মখোইনা
পাইহৌরসি লোইননা।

৩০-৫-৪৬ ইং

---

৮০

লাইবক কবা মুমিংনি
মুংশি-য়ারা তাবনি

ঙানতক ঙানবা মাইথোংদু
ঙাংতক্ ঙাংতক্ ঙাংবদু
নংগী থম্মোই-মুংদুগী
মমি নত্রা মুংশিগী
থুপ্না থম্বা খাওদগী
লৈজবব্ ঐহাক্তী
পিগে হাইনা তিংথোক্পা
নংনা হয়াও লৌনিংবা
খোইরুম্ তোবা মীচিনা
লৌথিবদু নহাক্না
ঐগী থম্মোই লকাদা
য়েক্তুনবু লৈরেদা
পুন্সি তেনবা ঐগীগা
তেনমিন্ননি মুৎলগা।

৬০-৩-৪৬ ইং

---

৮১

নোংজুথানা লাকপনে
লৈখোয়বু হোমবনে
মুংশি-লম্দম্ য়োৌবব্
ওম্মোই-দৌরবরনে
লৈমন্-চন্ন মহাক্না

পৎতুনবু লৈরব্রা
লৈনৌ মুংশি নহাকপু
উবা ফংলরোইদরা
পোম্‌শাৎনবী নহাক্তি
লৈকাই লানবা ননম্নি
লৈহি পাম্বা খোইমু-ঐ
লৈহি চুপ্‌কে খোইরাংলি

৩০-৩-৪৬ ইং

---

৮২

পেনা চৈজিং লেন্দুনা
খু-লং ইশৈ শকপবু
মুরা নংগী নাকোংদা
ঙম্‌দরনে য়োববু
উরি নংবু মুংশিবী
করম্বা পামেল ফংহনা
নংবু নিংবা ঐঙোন্দা
য়েত্তবদি করম্না
ইথোন-বুদি তারগা
তাদববু শাহনা
পাখং চাংবু য়েংনবা
লৈরিবরা ঙাইহনা

নংবু নিংবা ঐহাক্নি
নহাক্কবু নিংশি-নে
য়াম্বা-খোঞ্জেন নহাক্কী
তাবা মতম ওইরেনে।

৩০-৩-৪৬ ইং

---

৮৩

খোম্লাং-তুংকম্ অনিহু
তূম্লক্লেদা চিংহুম্গুম্
মেথংতুনা চোনথবা
ওইনি খোংক্রম্ য়ানবগুম্
মতম্ অহু য়োৌবদা
অঙাং নাম্বা অমনা
নথাদবু হিপ্তুনা
খোমবু চিংনি হরাওনা
ঐবু মাল্লি হাইদুনা
অঙাংবুদি মুংশিবা
পাম্জদরা নহাকপু
মমা ওই'গী মুংঙাইবা।

৩০-৩-৪৬ ইং

---

৮২

ঐগী পুক্নিং অৱাবা
পাপী ইরা থক্তবু
হিহোন্দুনা থুংজবা
ফংনিংইনে নরমবু
হিহিং তাংলৌ অথেংবা
মায়ানবু থল্লবা
মতম অহু মক্তদা
নংবু ঐনা ফানিবা
ইপাম্-বোম্‌দা ঙাহনা
মীচিনবু য়েংশকপা
ইমিৎ-সিনা কৌজবা
থুংনি শোইরোই নিংজবা।

৩০-৮-৪৬ ইং

---

৮৩

মুংশা ম্লাক্না শারেনে
অথোৎপী নং শিরেনে
ছাতিন-পেবু থান্দুনা
চংলু লম্বি চেকশিন্না
নত্ৰবদি ইবেন্মা
চোকথহনা লোইনি-মা

পাইখুরা নমথাং তাবাবী
ইন্দুনবু চৎচবী
কোরৌহনবা মশেক্লা
কোশ্নি নমথাং ফাওহনা
পাথং ইনাক য়েৌদনা
মুমিৎনবু কোন্দুনা
লৈমন চন্নি কৌজবী
থংই নংবু পুকফবী।

৩০-৩-৪৬ ই'

---

৮৬

রায়-নংগী তারোদা
য়েখোকপবু তৌমুদা
ঐবু ফীবুল খন্দুনা
চিংন-লমদা ছন্দুনা
আশাদ'মুক লংমনা
লৈরমুদা ক্লেংহনা
চিংন-লমদম থাদোকলে
নংগী ওইনা লৈজরে
নংগীদমক রারকপা
কুইররবনি থংলোবা
রাখা-ককোই মাঞ্জবা

য়াত্তা নংগী অঙৌবা
মোমোন-কৌবা দোলাইদা
য়াথংবুদি তাওথোদা
ঐগী ওইরে হাইরগে
নংগী ওইরে থংলগে।

৩০.৩-৪৬ ইং